# পূজা পদ্ধতিং

মৈতৈলোন্দা নিংথিনা
তাক্লবা ।

—(O)—

[illegible]

[illegible]

# পূজা পদ্ধতিঃ

মৈতৈলোন্দা নিংথিনা
তাক্লবা।

—(O)—

ইথোকচদা
এ. লালকাহ্ফাইদেব শর্ম্মা জ্যোতিশ
উরীপোক অহল্লেম [illegible]াই
ইম্ফাল

## মনিপুর সরকারগী চেগী তেংবাংনা লাইরিক অসি ফোংজবনি।

অহানবা খুৎনম

জানুয়ারী ১৯৮৩ ইং।

কোপী মশীং ১,০০০।

লাইরিক ফংফম :—

১। "শর্ম্মা বুক এজেন্সী"
পাওনা রোড ইম্ফাল।
কৈশামপাৎ থোং মনাক।

২। "ও" কে ষ্টোর্স"
পাওনা রোড ইম্ফাল।
উষা সিনেমা মনাক।

৩। "লাইরিক ইবা মশাগী য়ুম"
উরীপোক অহয়েম লৈকাই।
ইবোতোনসনা স্কুলগী লৈরক।



নম্ফম :— দি, এম; (দাউজি মেমোরিয়েল) প্রেস পাওনা রোড ইম্ফাল।

# "ৱাহৌদোক"

## "পূজা পদ্ধতি"

হায়বা লাইরিক মচা অসি মনিপুরী লোন্দা খুৎলোন-শারোন তাক্লুনা, পূজা পদ্ধতি মখল কয়ামুক্কী মমুংদা অমতং ওইনবা ইথোকচবনি। অয়াম্বা ব্রাহ্মণ মচাশিংনা হিংনবগী লম্বীদা থোং থাংজিন্দবা য়াদবা, অমদি নোংচুপলোমগী সভাতাদা লৈবদগী সংস্কৃতলোন তম্বা ৱাৎলকপা মতম ওইবগা, অর্চ্চা পূজা তৌবিনবা মতীকচাবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত লৈরক্তবগা মতমগা চান্নবা মওংদা য়ারিবমথৈ লাইথোক্লা, পাবতদা থংনবা মওংদা ইথোকপা দরকার ওইরবনি খন্দুনা, অমসুং থরগী মথৈ খংদবতুনা অথংবা পণ্ডিতশিংদা হংবনচিংবা তৌরগা থবক পাংবা য়ানবগী মওংদা ইবস্থ দরকাররনি খনবদগী ইজবনি । ওঝা গুরু লাইদনা করিগুম্বা থবক অমত্তা নিংথিনা পাংবা হায়বসি য়াদে; অতুবু থরগীমথৈদি লায়থোকনবগী মরীদা ইদবদি ফাত্রবনি। এখোয় মৈতৈগী হান্না লৈজরম্বা ইরন হায়বদঃ— মী অমা শিরগা সংস্কার (পোৎলোইবা) তৌবদা চূক্ তরুক মুংলগা চান্দুরা (থাকল) মথাদা সংস্কার তৌবা. অমদি শ্রাদ্ধগী (শোরাৎকী) মতমদা শয্যাগী (কমুংগী) ময়াইদা থুদৈ অতৌবা মচেৎ অমনা লফোইনচিংবা য়োমতুনা থম্বা করিগুম্বা থবক অমা থোক্লকপদা. অরা-অনানচিংবদা স্নামগী লৈমরেন খুরুম্লগা, য়াথং লোরগা থবক তৌবা, চৈরাওবনচিংবদা স্নামহীদা সিদ্ধা থিনবা, লাইগী তীংগী থবক অমতং হেক তৌরকপদা, মী তরাদং তিম্নরক্লপা মতমদা. অতৌবা কিজোন্তনা লৈতেংনশিবসি করম্বা মকমদা করম্বা লৈবাক্তা উবা ফংদ্রবনি। মনিপুর সনা লৈপাক ইরেপাক্তগী ইরন অশেংবা ওহজরিবা. অসি-গুম্বা ইরন থরগা য়ানশিন্নরগা ইজখিবনি। মৈতৈগী চৎনবীবু মতমকুহনা হিংতুনা লেহৌনবগী-দমক এবু জ্যোতিষ তম্বীরম্বা ওঝা, লৈখিদ্রবা নিংথোখোংজম চাওবা সিংহ পাঙ্গী উারপোক্তা লৈবা গুরুদেবমক্তা মওং অসিদা এবু পুবী পুবীতুনা পূজা অর্চ্চা খিবিকপু তৌহন্দুনা তাকাপরমই। অতুনা পদ্ধতি অসিদা শ্রীগুরুদেবগী অনুগা (মতুংইনবা) ওইনা ইজবা গৃহারম্ভ, গৃহপ্রবেশ. নাগশুদ্ধি. জন্মতিথিপূজানচিংবদা অথোই-অহেন থরম্থ অতুমক য়াওর' হজরিবাসনা হৌরক্লিবা ব্রাহ্মণ মচাশিংগী থরদংতা ওইরবস্থ কান্নবা শরুক ফংলবদি এগী চোৎনজবগী মহৈ য়াজরবমাক্ল।

লাইরিক অসিগী মশাদা অশোয় অভাম্ য়াওরবস্থ পাবীরিবশিংনা তাকপিরক্লবদি মতুংগী সংস্করন্দা চুমথোচগনি । লোইননা কম্পোজদা ময়েক লানথিবা. ময়েক তাদবনচিংবা অশোয় অভাম পুম্নমক মতুংগী সংস্করন্দা নিংথিনা চুমথোকচগনি। অরান্ অশোয় খিবিকপু পাবিরিবশিংনা শেমজিন শাজিনবীতুনা পাবীনবগীদমক খুৎলোন্নজরি ।

লাইরিক ইথা।

# হীরম লামাই

**হীরম তাকপা** — **লামাই**

| হীরম তাকপা | লামাই |
|---|---|

## "খংগদবা"

হিন্দু শাস্ত্রগী মতুংদা পূজা অর্চা তৌনবগী লাইরিক খুদিংদা "অঙাং পোকপগী য়ুমশেংবা" অমদি লুহোংবগী "বরযাত্রা" কন্যা যাত্রা" হায়বসি অহুম্না তৌগনি হায়না তাকপা উদে। মসিগী ওথা গুরুদগী তমহুনা খংলবা কাংবুদি ইরাই লাইবা থোক্রবা অমদি চিনকা পুনরবগী লাইরিক য়াওরবসু শিজিন্ন-রিবা, খোইনা লায়রবা য়াকমনি। কনাগুম্বা ওথা গুরুদগী তমহৌরবা, মতমগী মতুং ইন্না তৌদবা য়াথক্রবা, করম তৌগদবনো হায়বদিদি তাব তাত্রবা, পূজা পদ্ধতি খুদিংগী মতুংদদি অতুমক য়াওরিবা, প্রয়োগ (থাবোং) ওইনা লেংহুনা অহুম্না তৌগদবনি হায়বদি পল্লমত্রবা, খাঙদবা ঊজদবদদি অরাবা ওইবা মওংদা লৈরি। মতাংশিদা তমহৌরবা অমদি নৌনা হৌরকলিবা নহাওলশিংগী মথিৎ মনা ওইনবা, অমুক নৌহৌনা প্রয়োগ (থাবোং) ওইনা ইত্রবসু মরম অমতং খংনবা মওংদা মখাদা তাকলি।

## "অঙাং পোকপগী য়ুমশেংবা"

মসি প্রয়োগ ওইনা ইরবদি য়াম্নদি কৈ হায়বনু হঞ্জিল হঞ্জিল ইবা থোক্রগনি অমসুং লাইরিক চাওনবা তারগনি অহুনা মরোল থরসি খংলগা পূজা পদ্ধতিদা তাকলিবহুনা তৌরগনি। পূজা পদ্ধতিগী অহানবদা "ওঁ শিবং সূর্য্যং গনেশঞ্চ" না হৌহুনা মথং মথং "ওঁ কেশবায় নমঃ" হায়বন-চিংবনা আচমন তৌরগা "মার্জ্জন" (হকচাং শেংদোকপা) লোইরগা ঘটস্থাপন (ঘট পুজা) তৌরগা "পঞ্চদেবতা পূজা" তৌনবগীদমক; তৌগদৌরিবা য়ুমশেংগী থবক অহু উত্তুনা সংকল্প তৌরগনি। অহানবদা সাক্ষ্যমন্ত্রঃ—"ওঁ সূর্য্যঃ সোমো যমঃ কাল" হায়বসিনা হৌরগা ওঁ বিষ্ণুরোম তৎসদদ্য অমুক মাসি অমুক পক্ষে অমুক তিথৌ অমুক বাসরে অমুক গোত্রস্য অমুক দেব শর্ম্মনঃ (ক্ষত্রিয়গীনা অমুক তাতু বর্ম্মনঃ) ভুতনবজাতকুমারস্য (মুপীগীনা কুমার্য্যা) দীর্ঘায়ুষ্ট কামঃ গৃহশুদ্ধি নিমিত্তক মঙ্গলরূপ ঘটস্থাপন শ্রীবিষ্ণ্বাদি পঞ্চদেবতা পূজা পূর্ব্বক শ্রীসূর্য্য পূজা, সূর্য্যার্ঘ্য দান কর্ম্মণঃ অমুক গোত্রঃ শ্রীঅমুক দেব শর্ম্মা অহং করিষ্যামি। অহুম্না সংকল্প তৌহুনা পঞ্চদেবতা পূজা লোইরগা শ্রীসূর্য্যধ্যান তৌরগা সূর্য্যপূজা লোইরগ দাখি মরাদা অঙাং পমহল্লগা মকুথোক্রবা লকোই অমা অঙাংগা লোইননা অঙাং পমজিবী মমাবু পায়খল্লগা চেং থোইদিংগা লোইনরবা তিংথৌ অমদি শকোম্ অনৌববু জুরি তা-কমদা তানবা লকোইগা লোইননা হৈথহুনা মুমিত্তা ওঁ এহি সূর্য্য সহস্রাংশে" হায়না সূর্য্যার্ঘ্যদান মন্ত্র থীহুনা কংলগা সূর্য্যপ্রনাম মন্ত্রঃ "ওঁ জবাকুসুম সঙ্কাশং" হায়বা মন্ত্রসি থীহুনা অঙাংবু মথুং লোয়হন্দুনা পুনশি মুংশাংবা নিজহুনা সূর্য্য খুরুমযনগনি। মতুংদা "শান্তি মন্ত্র" না অঙাং মমা মপা য়ুম-কৈ পুম্নমকপু শান্তি তৌরগা অরেম্বা ঈশিংনা য়ুমথক্তা চায়থংকনি। মসি পুম্নমক্কী মন্ত্রসি মার্জ্জনগী পঞ্চদেবতা পুজা কাওবগী মতুংদা লোইনা য়াওরিবহুনি।

## "লুহোংবগী বরযাত্রা তৌবা অমদি কন্যা যাত্রা তৌবা"

ঘট লাত্তুনা পঞ্চদেবতা পূজা তৌবা হায়বসি শুভমঙ্গলগীদবকনি অহনা "মঙ্গলরূপ ঘটস্থাপন" হায়রু অতুনা করিগুম্বা অর্চ্চা পূজা। অমগী অহানবদা ঘটস্থাপন পঞ্চদেবতা পূজা তৌরবা তুংদা তৌগ-দৌরিবা পূজা অদু তৌগদবনি। ঐখোইনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লৈবনা বিষ্ণুনা হাম্না তৌবা বিষ্ণ্বাদি পঞ্চদেবতাবু পূজা তৌগদবনি।

লুহোংবগী বর যাত্রা তৌবা হায়বসি অহানবদা "ওঁ শিবঃ সূর্যাং গনেশঞ্চ" দগী হৌদুনা মার্জ্জন (ছকচাং শেংদোকপা) লোইরগা ঘট লাংলবা তুংদা পঞ্চদেবতা পূজা তৌনবা সংকল্প তৌরগনি:— ওঁ সূর্য্যঃ সোমো যমঃ কাল" হায়বা সাক্ষ্য মন্ত্র থীরগা "ওঁ বিষ্ণুরোম তৎসদদ্য অমুক মাসি অমুক পক্ষে অমুক তিথৌ অমুক গোত্রঃ অমুক দেব শর্ম্মা। (পুরোহিতঃ) অমুক গোত্রস্য অমুক দেব শর্ম্মনঃ (যজমানস্য) শুভবিবাহ কর্ম্ম নির্বিঘ্ন সিদ্ধার্থং ক্রমেন মঙ্গলরূপ শ্রীবিষ্ণ্বাদি পঞ্চদেবতা পূজা কর্ম্মাহং করিষ্যামি"। অদুম্না সংকল্প তৌরগা মাগী মাগী বে দগী সুক্তমন্ত্র পাঠ তৌরগা পঞ্চদেবতা পূজা লোইরবা যাত্রাগী মতম য়েংলগনি, পাঞ্জিনা পীবা যাত্রাগী মতম লাক্লবদা ব্রাহ্মণা যাত্রাগী মতমদা পাঠ তৌগদবা, মন্ত্রবু থীদুনা বরদা তাহনগনি।

মন্ত্রদি:—ধেনুর্বৎস প্রযুক্তা বৃষগজতুরগা দক্ষিণাবর্ত্ত বহ্নি।
দিব্যস্ত্রীপূর্ন কুম্ভা দ্বিজনৃপগনিকা পুষ্পমালা পতাকা॥
সদ্যোমাংসং ঘৃতং বা দধিমধু রজতং কাঞ্চনং শুক্লধান্যং।
দৃষ্ট্বা শ্রুত্বা পঠীত্বা ফলমিহ লভতে মানবো গন্তু কামঃ॥

অসিগী তুংদা মথাগী মাহৈশিং অসি হায়দুনা বরগী মপুকনিংদা নিংউ তাকপিগনি:— নহাক্কী যাত্রাগী মতমসিদ মাংদা যণবীনা মচা মথোম পিথক্তুনা লৈরে, ম্যাংদা শল্লাবা ফজবা শপোল, শামু, মৈরি থোক্ল নিংথিনা চাক্লবা মৈনা য়েংলোযদা লৈরে, কুমারী ফজবীশিংনা ঈশিং পুন অথনবা পুদুনা মঙ্গল পীরি, মিংথোনা ব্রাহ্মণ জ্যোতিষ হৈবশিংনা মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পীবীরি, মরীক চুম্নবা লৈপরেং, মচুমথল মথলগী কিয়াল, হৌজিক্তা শেম্বা তগং তগৎ তেকলিবা ক্লা, ঘী, শঙ্খেয়ম-অকম্বা, থোইহী, সনা, লুপা, নাপু মাল্লপনা তৌরবা ফৌ, অসিনচিংবা মঙ্গলগী মশক ওন্থরবা পোংখিবিক্লা ঐগী যাত্রাগী মতমদা মঙ্গল পীনবীয়ে থলহল্লগনি। অসিগী তুংদা ম্বর লৈবা মাইকৈগী থোংনা ম্বর চিংশিনল্লিংলদা থোংথাং অহল থাংদুনা স্নানহী, লৈমরেল, তুলসী, মণা, মঘা খুকম্লগা, চৎপা মায়গ। চৎলগনি নত্রগা চৎপগী মতম ভাইদুনা হানবী ফমফমথক্তা ফমদুনা লৈরগনি। মতাংদিদা থোং থাংদুনা চৎপা হৌরকপদা ব্রাহ্মণা "মাধব মাধব সর্ব্বকার্য্যেষু মাধব" হায়গনি।

### "কন্যা যাত্রা"

বরনা আসনদা কররবদা কর্ত্তানা বরপূজা লোইরগা কন্যাগীসু, ইমুংদা চংদুনা ঘটস্থাপন পঞ্চদেবতা পূজা তৌদুনা মথক্তী বরযাত্রাদা তৌবগুম্না তৌগনি।

---

# মঙ্গলাচরণ

ওঁ নমো গণেশায় নমঃ ॥

নারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমং ।
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদীরয়েৎ ॥

শ্রীনারায়ণ কৌবা মাবু
নর কৌবা ঋষিবুসু
নরোত্তম কৌবা অথোইবা
দেবী ইমা ইবেম্মবু ।

লাইরেম্মা সরস্বতীবু
ঋষি অথোইবা ব্যাসবু
নিংশিং খুরুম্ অহৌবদা
"পূজা পদ্ধতি" লাইরিকসি

শেম্মাংনা সমুদ্র শিংকুম্
পংলবনা ইজরুবা
ঈতীক নত্তবা ঈওল্নি
থীকুনেম্বনা থা লাম্বনি ।

থংজবা ঈতীক্ লৈজদে
শ্রীগুরু কৃপা নত্তনা
পংলবদা জ্ঞান্ পীবিবা
গুরু মশক্ তাক্পিখিবা

ঈপা পোক্পী অবোক্নিদো
সংসার্ রাংমা লাম্থ্রবানি
ইষ্টসেবা কায়্দবীনি
ধর্ম্ম কর্ম্ম পাম্জবীনি ।

শেম্বীরম্বা লৈরাং কলম্
নশুগী "পূজা পদ্ধতি"
কচ্চরি ওসি নত্তনা
বঙ্কবিহারী চরন্দা

নির্ম্মাল্য লৈরাং খুদোলসে
লৈনম্ ওইনা কংবীয়ুকো
মুংশিজরবী অবোক্না
নশুবু লম্মন্ কোকপিয় ।

— · —

# "পূজা তৌবা"

"পূর্ব্বাহ্নো বৈ দেবানাম্" অসুম্না দেবতা পূজা তৌবদি পূর্ব্বাহ্নদা তৌগনি। পূর্ব্বাহ্ন হায়বদি :— নুংথিলগী শরুক মরি থোকপগী শরুক অমবু পূর্ব্বাহ্ন কৌই। মশি নুংথিলগী অতেল অশাংগী পুংশীংদা শাগদবনি অদুবু মতুদগী থবা পৌরণ তৌনা চাওরাক্লা পুং (২৪) ক্রুনমরিনা নেংবা শাবগী হিসাবতা পুং তরানিথোইনা নুংথিলনি। নুংথিলবু শরুক মরি থোকপগী শরুক্তি পুং অহুমনি অদুন চাওরাক্লা অয়ুক্কী পুং ৯) মাপল ফাওবসি পূর্ব্বাহ্ননি খংনগনি। নুংথিলবু শরুক অহুম থোক্ল, খাইদোক্লগ অয়ুক্কী নুমিৎ থোক্লকপা, নুমিৎ তখাই অমা উরকপা মতমদা ব্রাহ্মন্না "প্রাত সন্ধ্যা উপাসনা" নুমিৎ চপ য়ুংবা মতমদা "মধ্যাহ্ন সন্ধ্যা উপাসনা" নুমিদাংবাইগী নুমিৎনা মযুম চংলকপা তখাই অমা উরিদৈ মতমদা "সায়ং সন্ধ্যা উপাসনা" হায়দুনা ব্রাহ্মন্না সন্ধ্যা উপাসনা তৌবগী নিয়ম লৈ। মতাং অসিনা ক্রিয়াকাণ্ড ওইনা থমথিসি হৌজিক্তি পূজা তৌবগী রাসি হান্না থংথিসি। ব্রাহ্মণ মচা অমা ওইরবদি মশি পুম্নমক চিংথদনা থংগদবনি তৌগদবনি অদুবু দেশ, কাল, পাত্রগী মতুং ইন্না অহল ওইরবা মথৌ লেল্লবা মীশক অদুতনা সন্ধ্যা উপাসনানচিংবসি তৌনবা মতম ফংই অদুনা মতমতুতদা তৌই, অদুবু প্রয়োগ ওইনা পল্লনদবা য়াদবনিনা পনবনি। ব্রাহ্মণ অমনা নিত্তিগী তৌগদবা নিয়মগী মতুংইন্না থংগদবদি :— ফমুংদগী হেক হৌগংলমদাইদা প্রাতস্মরনীয় হায়দুনা অয়ুক্তা নিংশিংগদবা কয়ামুক নিংশিংলগা ফমুংদগী যাত্রা তৌরগা নিত্যাচারগী মতুং ইন্না তৌগদবা অশেং অমাংগী লম্বী কায়দনা তৌরবা তুংদা স্নান। ইকুজবা তৌরগা প্রাত সন্ধ্যা উপাসনা তৌবা লোইরগ ইষ্টদেব (মাগী মাগী মযুমদা মন্দিরদা লাংলিবা লাই) বু পূজা তৌরগা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা মধ্যাহ্ন সন্ধ্যা উপাসনা তৌরগনি সায়ং কালদা (নুমিদাংবাইদা) সন্ধ্যা উপাসনা তৌরগা অমুক নিত্য পূজাগীদমক্ত ইষ্টদেবগী জলপান নিবেদন (উহৈ বাহৈনচিংবা কংপা) ডমজবশিংনা ভোগ (লুক্রুচিংবা হৌদুনা) কংলব তুংদা আরাত্রিক কংলগ প্রদক্ষিন তৌবা হায়দুনা য়েংওইননা কোইদুনা প্রনাম তৌবা (খুরুম্বা) প্রার্থনা (হায়জবা) তৌরগা শয়ন তৌগনি, (চেপশিনগনি) মশি ব্রাহ্মন অমগী নোংমগী তৌগদবা মথৌনি, মশিগী মরক মরক্তা অহাংবদা হিংনবগীদমক শেনতানবা, পূজা অর্চা তৌবা, মীগীদমক পুরোহিত ওইদুনা পজানচিংবা তৌবা অসিমক ব্রাহ্মণ অমগী তৌগদবা মথৌনি।

কনাগুম্বগীদমক নত্রগা মশাগীদমক করিগুম্বা দেবতা অমবু পূজা তৌগদবগী অহানবদা পুকনিং, হকচাং, ফিরোল, পুম্নমক শেংলবা তুংদা অহানবদা আচমন তৌড়ুনা হকচাংগী মথুংবু শেংহনগনি, শ্রীবিষ্ণুস্মরণ ( নিংশিংবা ) তৌগনি। সামান্যার্ঘা, দ্বারপূজা, বিঘ্নাপসারণ, আসনশুদ্ধি, করশুদ্ধি, গুরুপ্রণাম্, ভুতশুদ্ধি, মাতৃকান্যাস অন্তর্মাতৃকান্যাস অমসুং বাহ্যমাতৃকান্যাস গন্ধাদি অর্চ্চনা, সূর্য্যার্ঘ্যদান, চন্দ্রার্ঘ্যদান, ঘটস্থাপন, গণেশাদি নত্রগা বিষ্ণ্বাদি পঞ্চদেবতা-পূজা, নবগ্রহ, দিক্পালনচিংবা সর্ব্বদেব দেবীবু গন্ধপুষ্পনা নত্রগা ঈশিংতনবু ওইরবসু পূজা তৌরগা প্রাণায়াম্, পীঠন্যাস, ঋষ্যাদিন্যাস, অঙ্গন্যাস, ব্যাপকন্যাস তৌরগা, অমুক হন্না ধ্যান তৌরগা প্রধান পূজা তৌগনি। ধ্যান্, মানসপূজা, বিশেষার্ঘ্যস্থাপন তৌরগা অমুক হন্না ধ্যান তৌড়ুনা পঞ্চোপচার ( পোৎলম মঙা ) না দশোপচার ( পোৎলম তরা ) না নত্রগা ষোড়শোপচার ( পোৎলম তরাতরুক ) না পূজা তৌরগা, জপ, প্রণাম্, স্তব পাঠ, লুকনচিংবা কৎলগা আরাত্রিক তৌগদবনি।

গবাহ্নিকিং দেবপূজা বেদাভ্যাসঃ সরিৎপ্লবঃ।
নাশয়ন্ত্যাশু পাপানি মহাপাতকজান্যপি॥

পূজা চ পঞ্চধা প্রোক্তা তাসাং ভেদান্ শৃণুস্ব মে।
অভিগমনমুপাদানং যোগঃ স্বাধ্যায় এব চ।
ইজ্যা পঞ্চ প্রকারার্চ্চাঃ ক্রমেণ কথয়ামি তে॥

ইতি ক্রিয়া কাণ্ডে।

সুমিৎ খুদিংগী গোগ্রাসদান্, দেবপূজা, স্বস্বাধ্যায়াধ্যয়ন হায়বদি সন্ধ্যা উপাসনা, ব্রহ্ম-যজ্ঞনচিংবা অমদি গঙ্গানচিংবা ঈশিং তুরেলনচিংবদা ঈরুজরবদি মী মহাক অতুগী মহাপাতকচিংবা পাপ মাংই। সাধারণ ওইবা দেব পূজাসি মথল মঙানি মতুদি :— (১) "অভিগমন"—লাইগী লাইশং রাই তৈবা, নির্ম্মাল্য ফংজবা, (২) 'উপাদান" লৈ চন্দনচিংবা লৌবা, পূজাগীদমক লৈচন্দনচিংবা থৌরাং তৌবা, (৩) 'যোগ" নিংজরিবা লাইবু ব্রহ্মগী মশকনি থন্দুনা ধ্যান তৌবা, (৪) "অধ্যায়" মন্ত্রগী অর্থবু নিংশিং নিংশিংনা মূলমন্ত্র জপ তৌবা, স্তোত্রনচিংবা পাঠ তৌবা, নামকীর্ত্তন্ তৌবা তত্ত্বশাস্ত্রনচিংবা পাঠ তৌবা, (৫) "ইজ্যা" ভমজবা পোৎলমনা নিংজরিবা লাইবু পূজা তৌবা। অসিনচিংবা মথল মঙাসিবু পূজা মথল মঙা হায়না থংনৈ। শাস্ত্রনা হায়রি "কাম্যাশক্তি" হায়বদি অশাঙ্কনা থুড়ুম চন্দুনস্ত "লোভী" লৌনিংবনগীবু ওইরবসু, ভক্তিবু ওইরবসু

ভক্তি য়াওদনবু ওইরবসু নিতিগী শালগ্রামচক্রবু পুজা তৌজরবদি শোরদনমক মুক্তি ফংই। মিং জবা লাইবু নিত্যপুজা তৌরগা ফল পামলোইদবনি. ফল পামলুরবদি চহি অহুমগী মমুংদা "দেবল" হায়না কৌবা পতিত ওইরবা ব্রাহ্মণ মথল অহু ওই। মহাক অহুদি মানা অৰ্চ্চা পুজা তৌবা য়াদ্রে ফল লৈদ্রে. মাবুসু পুজা তৌবা য়াদ্রে, তৌরুবগী কায়দরে, তৌদবগা মান্নরে।

তৎপ্রমাণং যথা ঃ—

দেবাৰ্চ্চনপরো বিপ্রো বিত্তার্থী বৎসরত্রয়ম্.।
দত্ত দেবলকো নাম হব্যকব্যেযু গর্হিতঃ।।

শালগ্রাম শিলানা লৈবা মফম অদুদা কেশব শ্রীকৃষ্ণনা লেংদনা লৈ। অদুগুম্বা মফম অদুদা লাই, হি.চাবা যক্ষনচিংবা ময়োল ওয়ামরিগী জীবনা লাক্নুনা লৈরে, মরম অসিদগী লাই পুম্নমকপু পুজা তৌবদা শালগ্রামচক্র লেংশিল্লগা শালগ্রামদা পুজা তৌগনি।

তৎপ্রমাণং যথা :—

শালগ্রাম শিলারূপী যত্র তিষ্ঠতি কেশবঃ।
তত্র দেবাসুরা যক্ষা ভুবনানি চতুৰ্দ্দশ।।
ততশ্চ সৰ্ব্বদেব পুজনং শালগ্রামে কৰ্ত্তব্যম্.।

শালগ্রামচক্রদা শিবলিঙ্গদা, ঈশিংদা, মৈদা পুকনিংনা পূজা তৌবদা আবাহন তৌবা, ঘট লাত্তনা পঞ্চদেবতানচিংবা পুজা তৌদ্রবসু পুজা তৌগনি। শালগ্রাম. শিবলিঙ্গনচিংবা লৈবা মফমদুদি দেবতা পুম্নমক্না লেংদনা লৈ, মরম অসিনা আবাহনচিংবগী মৰম লৈদ্রে তৌদবসু য়াম্নে।

তৎপ্রমাণং যথা :—

শালগ্রামে শিবে·চাপস্নু বহ্নৌ মনসি পুষ্পকে।
এসু চাবাহনং নাস্তি দেবতানাং সদা স্থিতিঃ।।

ইতি বৃহত্তন্ত্রসারে।।

---

# "লৈনচিংবা হেকপা"

পুজা অর্চ্চা তৌবদা লৈ, তুলসী, তিংথৌ, বিল্বপত্র (হৈখাগোক মনা) চংই। হায়রিবশিং অসি হেক্রবগী মরম উৎলি, অমসুং হেক্রবগী মওং মতৌ, হেকপা য়াবা য়াদবা, হেক্লগা কংপা য়াবা য়াদবা, লাই লাই অমুগী মাগী মাগী ওইনা কংপা য়াদবা লৈ, অসিনচিংবা পীরি। লৈনচিংবা হায়রগা লৈ, তুলসী, তিংথৌ, হৈখাগোক অসিনচিংববু খংনৈ। লৈ হেকপদা ঈরুজরগা হেকপা য়াদে অমসুং করম্বা মখল করম্বা মওংগী লৈবু করম্না হেক্লগা কংকদগে হায়বদু তাকলি।

'সামান্য নিষিদ্ধ পুষ্পানি"

ক্লিষ্টং পর্য্যুষিতঞ্চ ভুমিপতিতং ছিদ্রঞ্চ কীটান্বিতং।
যৎ কেশোপহতঞ্চ গন্ধরহিতং যচ্চোগ্রগন্ধান্বিতম্॥
হস্তে যৎ বিধৃতং প্রণামসময়ে যদ্বামহস্তে কৃতং।
যচ্চাম্বুজলধৌতমর্চ্চনবিধৌ পুষ্পঞ্চ তদ্বর্জ্জয়েৎ॥
ভঙ্‌ক্ত্বা যদ্বিটপাদিকং ক্ষিতিরুহং চোৎপাট্য যচ্চাহৃতং।
যচ্চাক্রম্য সমাহৃতং তদখিলং পুষ্পং ভবত্যাসুরম্॥
চৌর্য্যাকৃষ্টমনুক্তি দুষ্টমশুচি স্পৃষ্টং যদপ্রোক্ষিতং।
যচ্চাঘ্রাতমধোহম্বরে বিনিহিতং ক্রীতঞ্চ তদ্বর্জ্জয়েৎ॥
পত্রাণি চাপ য়েদ্দুর্ব্বাঙ্ক‌ুরানপি ভক্তিতঃ।
কিন্তু শ্রীতুলসী সর্ব্বত্রৈব বিশেষতঃ ভুম্যাং
পতিতমপি বকুলং শেফালিকাং চ ন বিবর্জ্জয়েৎ
সর্ব্বং ভুমিগতং ত্যাজ্যং শেফালিং বকুলং বিনা॥
ইতি প্রমাণাৎ।

য়েংবদা মুত্তাইতবা, মোংলেল্লবা, লৈবাক্তা তারবা, শেগাই তুগাইরম্বনা ছিত্র লৈরবা, তিলা লাইতংবা, শম্-না য়াওরবা, মনম য়াওদবা মনম কনবা, লৈ অমু পায়রিঙৈ পুরিঙৈদা অতোপ্পদা খুরুমলুবা অমদি অতোপ্পনা খুরুম্বদা ওকলুরবা, খুং ওইনা পাররুবা অমদি পুরুরবা, ঈশিংদা চামলুরবা, লৈশিং অমুদি পুজাদা শিজিন্নবা য়াদ্রে। মশা মরেং খুদেক্পনা হেক্লকপা, লৈমুংদা

শাৎপা, লোম্না হেক্লকপা, নমতুনা লৌরক হেক্লকপা, হুয়াল্লকপা লৈদি ঈশ্বরনা লৌদ্রে; মদো হিংচাবগী ওইরে। হুয়াল্লকপা, মপু ডাক্তনা হেক্লকপা, অমাংবা শেংদবা জাৎ অতোনবশিংনা শোক্লবা, লাইদা কৎলুরবা ঈশিংনা চোংথ্রবা, মনম নমথোক্লুরবা, শেংন-ইম্নবা ফিনা য়োমজ্জুরবা, কৈথেন্দগী লৈতুনা পুরকপা লৈদি ঈশ্বরদা কৎহৈদরে। তিংথোনচিংবদি মনা ময়োলবুসু ভক্তিগা লোইননা কৎকদবা ওই তৌইগুম্বসুং হৈথাগোক মনা মহৈ অমদি তুলসীদি মফম মতম পুম্নমক্তা অথোইবনি, করিগুম্বদা কৎপা য়াদবা লৈতে, নোংলেনবগী দোষসু লৈতে। লৈবাক্তা তাহুনসু বকুল অমদি শেফালিকাদি হন্দোকফদে ঈশ্বরদা কৎকদবনি, বকুল অমদি শেফালিকা নত্তবা লৈ অতৈদি লৈবাক্তা তারবদি ঈশ্বরদা কৎহৈদরে।

সর্ব্বং ভূমিগতং দুষ্টং শেফালীং বকুলং বিনা।
অন্ত্যজানীতজলজং শুদ্ধমিত্যাহ নারদঃ॥
শূদ্রানীতৈরিত্যস্য ভৃত্যাতিরিক্ত শূদ্রানীতৈরিত্যর্থঃ শিষ্টব্যবহারাৎ
গোবিন্দভট্টানুমোদিতত্বাচ্চ॥

শেফালিকা অমদি বকুল নত্তনা লৈ অতৈদি লৈবাক্তা তারবদি অমাংবা নোংলেনবা শেংত্রবা হায়বতু ওইরে পূজাদা শিজিন্নবা য়াদ্রে, তৌইগুম্বসুং মশাগী মনাই ওইরিবা শূদ্রনা হেক্লকপা লৈ অমদি অন্ত্যজ জাতিনা হায়বদি ফিত্তবা ধোবী, খোড়ুপ তূবা মোচি, জগোই শাবী চাংগী ঢ্রম, ডা ফাবা ডুম, শায়োনবা, শক্তনগী থবক তৌবা, হায়রিবা অন্ত্যজ জাতিশিং অসিনা পুরক্লবসু হেকলক্লবসু থম্বাল, থরোনচিংবা ঈশিংগী লৈদি দোষ লৈতে কৎপা য়াই।

পরারোপিতবৃক্ষেভ্যঃ পুষ্পাণ্যানায় যোঽর্চ্চয়েৎ।
অবিজ্ঞাপ্য চ তস্যৈব তস্য তন্নিষ্ফলং ভবেৎ॥

অতোপ্পগী য়ুমদগী মপু ডাক্তনা লোম্না হেক্লকপা লৈ কৎলবদি ফল লৈত্রে॥

ইদন্তু নিষেধবচনম্ দ্বিজেতরপরম্ :—

দ্বিজস্তু নৈধঃ পুষ্পানি সর্ব্বতঃ স্ববদাহরেৎ।

অন্যচ্চ :—

সমিৎপুষ্প কুশাদীনি ব্রাহ্মণঃ স্বয়মাহরেৎ।
শূদ্রানীতৈঃ ক্রয়ক্রীতৈঃ কর্ম্ম কুর্ব্বন পতত্যধঃ॥
মলিনং ভূমি সংস্পৃষ্টং কৃমিকেশাদি দূষিতম্।
অঙ্গস্পৃষ্টং সমাঘ্রাতং ত্যজেৎ পর্য্যুষিতং বুধঃ॥

ব্রাহ্মণগীদমক্তদি মফম পুম্নমক্তগী দোষ লৈতে কৎপা য়াই। ব্রাহ্মণদি কুশ, শীং, লৈবু মপু তাক্তনা হেক্রকপা পুব্রকপত্তু ঈশ্বর কৎপা পুজা তৌবদা শিজিন্নবত্তু মপু তাক্তবগী দোষ অমত্তা লৈতে। প্রমাণ অমনস্থু সমিৎ পুষ্প কুশাদীনি হায়ব্রিবশিনা :— ব্রাহ্মণগীদমক্তদি মজ্ঞগী শীং. লৈ. কুশ অসিনচিংবশিদি মপু তাক্তনা হুরাল্লকা ওইরবস্থ দোষ লৈতে হায়রি। শূদ্রনা পুম্নকপা কৈথেন্দগী লৈত্থনা পুব্রকপা লৈনা পুজ্ঞ: তৌরবদি পতিত ওইরে ঈশ্বরনা লৌরব্রোই। অমোৎপা লৈবাক্তা তারবা. তৌল কাং য়াওবা. শম-না যাওবা. ত্তকচাংদা থেংগুবরা, মনম নমথোক্ররবা লৈদি নোংলেনবা ( চজিক ) লৈ কৌরে মত্তু কৎপা য়াদ্রে।

পর্য্যুষিতে প্রতিপ্রসব ভবিষ্য পুরাণে ঃ-

তুলস্যাং বিল্বপত্রে চ ফলেষু চৈব সর্ব্বশঃ।
ন পর্য্যুষিত দোষোঽস্তি মালাকার গৃহেষু চ।
বিল্বপত্রঞ্চ মাঘ্যঞ্চ তমালামলকাদলম্।
কহ্লারং তুলসীঞ্চৈব পদ্মঞ্চ মুনিপুষ্পকম্
এতৎ পর্য্যুষিতং ন স্যাৎ যচ্চান্যৎ কলিকাত্মকম্।।

তুলসী. হৈখাগোক মনা. উহৈ মথল খুদিংমক, মালিনী (লৈরেংবী) গী য়ুমগী লৈ অসিনচিংবশিদি নোংলেনবা ওইরবস্থ কৎপা য়াই দোষ লৈতে। হৈখাগোক মনা, কুদো, তমালগী, হৈগ্রুগী, মরোল অনৌবা অমদি মহৈ, থরো অচৌবা. তুলসী, থম্বাল, মুনিপুষ্প। বকপুষ্প কো বিদার ) কৌবা লৈশিং অসিদি নোংলেনবগী দোষ লৈতে কৎপা য়াই। হায়রিবা লৈশিং অসিদি অপোম্বা ওইরবস্থ. মথোক য়াওবা লৈশিংদি কৎপা য়াই দোষ লৈতে।

কলিকাভিস্তথা নাচর্চ্যং বিনা চম্পক পদ্মকৈরিতি
বচনৈনৈকবাক্যত্বাৎ প্রতিপ্রসব বচনীয়কলিকাপদং
পদ্মচম্পককলিকাতিরিক্ত কালকাপরম্।।

লৈহাও অমদি থম্বাল নত্তনা অতৈ লৈদি অপোম্বা. পোমশাংনবা লৈনা পুজা অর্চ্চা তৌবা য়াদে হায়বা বা লৈবদগী. লৈ অতৈগী মরক্তগী লৈহাও অমদি থম্বালগী অপোম্বা পোমশাংনবা লৈবুদি পুজাগীদমক নিংথিনা লৌখংলি।

'কালিক পর্য্যুষিত পুষ্পবিশেষ'
পদ্মানি সিতরক্তানি কুমুদান্যুৎপলানি চ।
এষাং পর্য্যুষিতাশঙ্কা কার্য্যা পঞ্চদিনোত্তরম্।।

থম্বো থম্বাল অতোৌবা অতাংবা অশংবগী জাৎশিং অসি হুমিং মতানিদগী হেন্না শিজিন্নবা (পূজা অৰ্চ্চাদা) য়াদে, ঈশ্বরদা কংপা হুমিং মতানি কাওবদি মগুণ লৈ। মতানিদগী হেন্নবদি পৰ্য্যুষিত দোষ ( কংপা য়াদ্রবা নোংলেন্নবা লৈ ) ওইরে, দোষ লৈরে ।।

‘অপৰ্য্যুষিত পুষ্প বিশেষ”

তুলস্যাগস্ত্যবিল্বানাং ন চ পৰ্য্যুষিতাত্মকা ।।

তুলসী, বকুল, হৈথাগোক মনা, অসিদি হুমিং অককবা লৈতনা পূজা অৰ্চ্চাদা শিজিন্নবা য়াই, কংলবা কাওবদা মগুণ লৈ, শিজিন্নবা কংপা য়াই, নোংলেনবগী দোষনচিংবা লৈতে।

যোগিণী তন্ত্রে :—

বিল্বপত্রঞ্চ মাধ্যঞ্চ তমালামলকীদলম্ ।
কহলারং তুলসীঞ্চৈব পদ্মঞ্চ মুনিপুষ্পকম্ ।
এতৎ পৰ্য্যুষিতং ন স্যাৎ যচ্চান্যৎ কলিকাত্মকম্ ।।

হৈথাগোক মনা, কুন্দো, তমাল অমদি হৈগ্রু মতোল অনৌবা মহৈ, থম্বো অতোৌবা, তুলসী থম্বাল, মুনিপুষ্প ( বক, কোবিদার ) কৌবা লৈশিং অসিদি অককবা হুমিং লৈতনা কংপা পূজা তৌবা য়াই, পথবা, খুইথবা, কংবা, নোংলেনবনচিংবগী দোষ অমত্তা লৈতে। হায়রিবা লৈশিং অসিদি অপোম্বা, পোমশাংনবনচিংবসু পূজাদা লৌথংলি কংপদা দোষ লৈতে।

নীরজস্য চ বিল্বস্য তুলস্যাদলমেব চ ।
ন দুষ্যেৎ ছিন্নভিন্নঞ্চ জাতীপুষ্পঞ্চ শঙ্করি ।
শুষ্কৈশ্চ নাৰ্চ্চয়েদ্বিষ্ণুং পত্রৈঃ পুষ্পৈঃ ফলৈরপি ।
য়াভ্রানীতৈঃ পৰ্য্যুষিতৈৰ্যাচিতৈঃ কৃষ্ণবর্ণকৈঃ ।।
স্বয়ং বিকসিতৈঃ পুষ্পৈ স্বয়ঞ্চ পতিতৈর্ভুবি ।
ত্রিপত্রন্যূনকুসুমৈনাৰ্চ্চয়েত্তু কদাচন ।।

থম্বাল, হৈথাগোক মনা, তুলসী মনা, জাতিপুষ্প হায়রিবা লৈশিং অসিদি শেগাইহুনা মনা মনা ওইরবসু পূজাদা কংপা য়াই। অতৈ অতোম্মা খুইরবা কংলবা লৈ উনা, উহৈনা পূজা তৌবা য়াদে। ঈরুজরবা তুংদা হেক্কুনা পুরকপা, নোংলেন্নবা লৈ, নিহুনা পুরকপা লৈ, মচুমুবা লৈ, খুৎনা শাৎকাইহনবা লৈ, মরমাই মতোমতা কেন্দুনা লৈবাক্তা তারবা লৈ ( বকুল, শেফালিকা নত্তনা ) মনা অহুমদগী তানা পাম্বা লৈনা লাইগী পূজা তৌবা য়াদে।

শেফালিকায়াং বিশেষ ঃ—

"শেফালিকাং কহলারঞ্চ শরৎ কালং বিনা ত্যজেৎ।"

শেফালিকা অমদি থরো অঙৌবদি শরৎ কাল (থরান লাংবন) নত্তনা অতৈ থাকদি পুজাদা শিজিন্নবা য়াদে, থাদোকদবনি।

অশোকার্জ্জুন বকুলানি সন্নন্তানি বর্জ্জয়েৎ।
বিষ্ণুক্রান্তা জবা নাগকেশ্বর নাগচম্পকানি চ নির্ব্বৃন্তানি॥

অশোক (থারম লৈশোক) অর্জ্জুন (মায়োকফা) বকুলনচিংবসি মথোক য়াওরবদি পুজাদা কৎহৈদে। বিষ্ণুক্রান্তা (অপরাজিতা) জবাকুসুম, নাগেশ্বর, চিনিচম্পা কৌবা লৈশিং অসিনা মথোক য়াওদ্রবদি পুজাদা কৎহৈদে।

"বর্জ্জনীয় পুষ্পম্"

শিবেবিবর্জ্জয়েৎ কুন্দমুন্মত্তঞ্চ হরেস্তথা।
দেবীনার্কমন্দারৌ সূর্য্যস্য তগরস্তথা॥

মহাদেব পুজা তৌবদা কুন্দো কৎপা তৌহৈদে, হরি পুজাদা ময়াই লৈবা শগোলহিদাক্ল-চিংবগী মপান মহৈ কৎপা তৌহৈদে, লাইনুপী দেবীশিংগী পুজাদা অঙ্গোং, শগোলহিদাক মপান মহৈ, অমদি পারিজাৎ কৌবা স্বর্গগী লৈ কৎপা তৌহৈদে, সূর্য্য পুজাদা ময়াংকবোকলৈ কৎপা তৌহৈদে।

তুলসী হেকপা

অর্চ্চা পুজাগীদমক তুলসী হেক্কে হ্যররবদি স্নান তৌরব মতুংদা তুলসী হেক্লবা মন্ত্র থীহনা খুবাক অহুমক খুরগা খুদোম্নী অনি য়াওহন্দনা খুং অনিগী খুং শা মরি মরি চংহনা তপ্পা তপ্পা মশা তেকহন্দনা হেকনি, মনা চবুন চবুন হেকপা, মশা খুদেকপনচিংবা তৌহৈদে মনা অমমমতা ওইনা হেকনি। মঞ্জরী হেকপা তারবদি মঞ্জরীগী নাক য়েং অনিদা মনা অমমম য়াওনা মঞ্জরীগা অহুম কাংবগী মতংদা হেক্লগা, পত্র (মনা) অমদি মঞ্জরী অহু ঈশিংনা শেংনা চাগ্নগা মচুম কংহল্লগা অর্চ্চা পুজাদা শিজিন্নগনি। দীক্ষা ফংদ্রিবা অঙাংনা তুলসী হেকপা য়াদে।

তুলসী হেকপা য়াদবা মুমিং

সংক্রান্ত্যাং পক্ষয়োরন্তে দ্বাদশ্যাং নিশি সন্ধ্যয়োঃ ।
ছিন্দন্তি তুলসীং যে তু তে ছিন্দন্তি হরেঃ শিরঃ ॥

সংক্রান্তি মুমিত্তা ( থাগী অরোইবা তারিখতা ) পুনিমাদা, থাশিদা, দ্বাদশীদা মুমদাংদা, সন্ধ্যাদা তুলসী হেক্লবদি শ্রীহরিগী কোক থংপগা মান্নবা পাপ পুই হেকপা য়াদে ।

তুলসী চায়থনবা মন্ত্র:

ওঁ গোবিন্দবল্লভাং দেবী জগচ্চৈতন্যকারিণীম্ ।
স্থাপয়ামি জগদ্ধাত্রীং বিষ্ণুভক্তি প্রদায়িনীম্ ॥

তুলসী মখোং তৈনবা মন্ত্র:

তুলসী সর্ব্বদা ভদ্রে সর্ব্বকাম ফলপ্রদে ।
লেপয়ামি তব মূলং সর্ব্বপাপ হরা ভব ॥

তুলসী থুরুম্বা মন্ত্র:

ওঁ বৃন্দায়ৈ তুলসীদেব্যৈ প্রিয়ায়ৈ কেশবস্য চ ।
বিষ্ণুভক্তি প্রদেদেবী সত্যবত্যৈ নমো নমঃ ॥

তুলসী হেক্লবা মন্ত্র:

তুলস্যমৃতনামাসি সদা ত্বং কেশব প্রিয়া ।
কেশবার্থে চিনোমি ত্বাং বরদা ভব শোভনে ॥
ত্বদঙ্গসম্ভবৈঃ পত্রৈঃ পূজয়ামি যথা হরিম্ ।
তথা কুরু পবিত্রাঙ্গি কলৌ মলবিনাশিনি ॥

তুলসী মঞ্জরী হেক্লবা মন্ত্র:

তুলসী হেমরূপিনি রত্নরূপিনি মঞ্জরি ।
উত্তরামি কৃষ্ণহারে মম দোষো ন দীয়তাম্ ॥

বিল্বপত্র – হৈথাগোক মদা হেকপা অমদি হেকপা য়াদবা মুমিং ।

পক্ষান্তদ্বাদশী সায়ং মধ্যাহ্নভিন্নকালতঃ ।
শাখাভঙ্গো ন কর্ত্তব্যো নৈবারোহেত্তথা তরুম্ ।
বরমারুহ্য ছিন্দ্যাৎ ন শাখাভঞ্জনং ক্বচিৎ ।

থাশি; পুর্ণিমা দ্বাদশী, মুখিং য়ুংবা মতম, মুমদাংবাইদা হৈথাগোক মনা হেকপা য়াদে। হেকপা মতমদসু মশা থুদেকফদে, মশা তেকতনবা মওংদা থুৎ য়েংনা তপ্পা তপ্পা হেকনি। মনাদা চক্রগুম্বা মওং লৈতব', ছিদ্র লৈতবা ( অতেক অকায় য়াওদবা ) মতোন নিংথিনা য়াওবা। মমাদা অহুম অহুম ফাংবা ( ত্রিশুলগী মতোগুম্বা ) মনানা শিবনচিংবগী পুজাদা শিজিন্নগনি। মহৈ য়াদবা হৈথাগোক, হৌবদা ঙাইরিবা উনৌ ওইরিবা অমদি হেক্রবা মনাদা ঈশিং থিক্তোক্তনা পুজা তৌবা য়াদে অদুবু ঈশিংনা থিকতোকপা চামথোকপদা মনাগী মতোনদি শোকহনবা য়াদে।

হৈথাগোক মনা হেক্রবা মন্ত্র:

পুণ্যবৃক্ষ মহাভাগ মালূর শ্রীফল প্রভো।
মহেশপূজনার্থায় ত্বৎপত্রাণি চিনোম্যহম্ ॥

হৈথাগোক থুরুম্বা মন্ত্র:

ওঁ নমো বিল্বতরবে সদা শঙ্কর রূপিণে।
সকলানি মমাঙ্গানি কুরুষ্ব শিবহর্ষদ ॥

## তিংথৌ হেকপা

অয়ুক্তা অশেংবা মফম য়েংহুনা তিংথৌ হেক্কনি। শ্রাদ্ধনচিংবদা হায়বদি প্রেতগী (অশিবগী) থবক্তা অমদি শিবপুজাদা তিংথৌ ময়োন হুন্দোক্লগা ( শংলগা ) মনা অহুম পানহনগনি। অতৈ লাই পুম্নমকী পুজাদদি অমসুং অহিংবা জীবগী মরীদা তৌবা পুজাদদি ময়োন শংলোই, ময়োনগা থানা মনা মরিগা পুম্না মনা মঙা মঙা পানবনা পুজা তৌগনি।

অগর্ভা পিতৃপুজায়াং সগর্ভা দেবতার্চ্চনে।
গর্ভযুক্তা চ যা দূর্ব্বা দীয়তে হরমস্তকে ॥

শিবদ্রোহী কৃতঘ্নশ্চ সপ্তজন্ম মরত্যধঃ।
পত্রত্রয়ান্বিতা দূর্ব্বা প্রসস্তা চার্ঘ্যকর্ম্মণি ॥

ইপা ইপুগী পিতৃকর্ম্মদা মতোন ( ময়োন ) য়াওদবা তিংথৌনা পুজা তৌগনি, লাইশিংগী পুজাদদি মতোন ( ময়োন ) য়াওবা তিংথৌনা পুজা তৌগনি। মহাদেব পুজাদা মতোন (ময়োন) য়াওবা তিংথৌনা পুজা তৌরবদি মহাদেবগী য়েক্রবা ওই. থানা তৌজবা পুম্নমক্ত কল (অতৈ) মাংই

অমসুং মপোক তরেংলক নয়ক্তা তাই, মরম অসিনা মহাদেবগীদমক অর্ঘ্য কংপদা মতোল য়াওদবা মনা অহুম অহুম পানবা তিংথোনা কংকনি। নোংমাইজিং সুমিত্তা অর্চ্চা পুজাগী তিংথো হেকপা য়াদে। অসুম্না পুজা অর্চ্চা তৌবা হায়বসি নিয়ম অমগী মথা পোম্না তৌবা হৌনবা হৌনদবা মুম্না থংগদবনি।

একাং চণ্ড্যাং রবৌসপ্তভিস্ত্রো দদ্যাৎ বিনায়কে।
চতস্রঃ কেশবে দদ্যাৎ শিবেচার্দ্ধ প্রদক্ষিণাম্ ।।

চণ্ডি দুর্গাবু থুরুম্নবা কোয়বদি অমুক্তমক কোয়গনি, সূর্য্যদেববু তরেংলক কোয়গনি. গণেশ-দেবগীনা অহুমক কোয়রগা থুরুমগনি, শ্রীবিষ্ণুবু শ্রীকৃষ্ণবু থুরুম্বদি মরিমক কোয়রগা থুরুমগনি, মহাদেবগীদি থা মচেং শানা তথাই কোইগনি হায়বদি তথাই অমা কোয়রুরগা হান্নগী মফমদা অমুক হল্লক্লগা থুরুমগনি।

"শিখাবন্ধন মন্ত্রঃ" ( শিখা পুম্বা মন্ত্রঃ )

ওঁ মনিহরি বজ্রিণি মহাপ্রতিসরে রক্ষ রক্ষ হুঁ ফট্ স্বাহা।
ইতি মন্ত্রেণ শিখায়াং বস্ত্রাঞ্চলে চ গ্রন্থিং বধ্নীয়াৎ ।।

অন্যচ্চ :– গায়ত্রী মন্ত্রেণ বধ্নীয়াৎ ঃ– ওঁ ভূর্ভুবস্বঃ তৎসবিতুর্ব্বরেণ্যং ভর্গো দেবস্য ধীমহি ধিয়ো য়ো নঃ প্রচোদয়াৎ ওম্ ।।

"শিখা মোচন মন্ত্রঃ" ( শিখা থোক্নবা মন্ত্রঃ )

ওঁ গচ্ছন্তু সকলা দেবা ব্রহ্ম বিষ্ণু মহেশ্বরাঃ।
তিষ্ঠত্বত্রাচলা লক্ষ্মীঃ শিখামুক্তং করোম্যহম্ ।।

"স্ত্রিঃ শূদ্রঃ শিখাবন্ধন মন্ত্র" ( নুপী অমদি শূদ্রগী শিখা পুম্বা মন্ত্রঃ )

ব্রহ্মবাণী সহস্রাণি শিববাণী শতানি চ।
বিষ্ণোর্নাম সহস্রেন শিখাবন্ধং করোম্যহম্ ।।

"মেরা থাংমৈ কৎনবা মন্ত্রঃ"

ওঁ দামোদরায়ঃ নভসীতুলয়াং লোলয়া সহ।
প্রদীপস্তে প্রযচ্ছামি নমোঽনন্তায় বেধসে ।।

## "গ্রহাণাং সমিধ"

অর্কঃ পলাশঃ খদিরস্ত্বপমার্গোঽথ পিপ্পলঃ।
ঔডুম্বরঃ শমীদূর্ব্বা কুশাশ্চ সমিধঃ ক্রমাৎ॥

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | রবি | অর্ক | অঙ্গোং |
| ২। | চন্দ্র | পলাশ | পাঙ্গোং |
| ৩। | মঙ্গল | খদির | বরোখজি |
| ৪। | বুধ | অপাংমার্গ | খুজুমপেরে |
| ৫। | বৃহস্পতি | পিপ্পল অশ্বত্থ | সনাখোংনাং |
| ৬। | শুক্র | ঔডুম্বর | হৈবোং |
| ৭। | শনি | শমী | ক্যামলৈ |
| ৮। | রাহু | দূর্ব্বা | তিংখো |
| ৯। | কেতু | কুশ | কুশমনা |

## "গ্রাহাণাং তান্ত্রিক মন্ত্রাঃ

১। রবি—ওঁ হ্রীং হ্রীং সূর্য্যায়। ২। চন্দ্র—ওঁ ঐঁ ক্লীঁ সোমায়। ৩। মঙ্গল—ওঁ হুঁ শ্রীঁ মঙ্গলায়। ৪। বুধ—ওঁ ঐঁ স্ত্রীঁ শ্রীঁ বুধায়। ৫। বৃহস্পতি—ওঁ হ্রীঁ ক্লীঁ হুঁ বৃহস্পতয়ে। ৬। শুক্র—ওঁ হ্রীঁ শ্রীঁ শুক্রায়। ৭। শনি—ওঁ ঐঁ হ্রীঁ শ্রীঁ শনৈশ্চরায়। রাহু—ওঁ ঐঁ হ্রীঁ রাহবে। ৯। কেতু—ওঁ হ্রীঁ ঐঁ কেতবে।

---

# উপচারাদি

পূজাগী পোৎলম তাকপা।

**পঞ্চোপচার**

"গন্ধপুষ্পধূপদীপৌ নৈবেদ্যঃ পঞ্চ তে ক্রমাৎ।।"

চন্দন, লৈ, ধূপ, থাংমৈ, নৈবেদ্য ( নৈবিদ্য, মঙাসিবু পোৎলম মঙা কৌই। নৈবিদ্য হায়বদি রাম, শঙ্গোম অনৌবা, চেং, ঘী, চিনিমা তিনবা।

**দশোপচার**

"অর্ঘ্যং পাদ্যংচাচমনং স্নানং বস্ত্রনিবেদনম্।
গন্ধাদয়ো নৈবেদ্যান্তা উপচারা দশ ক্রমাৎ।।"

অর্ঘ্যং ( শঙ্খদা লৈ চন্দন, চেং, যব, কুশ, থোইদিং হঙ্গামরু, তিংথৌ হাপ্পা ঈশি বু অর্ঘ্য কৌই ) পাদ্যং ( খোংহাম্নবা ঈশিং ) আচমনং আচমন তৌনবা ঈশিং ) স্নানং ( ঈরুজনবা ঈশিং ) বস্ত্রনিবেদনম্ ( ফি রোললচিংবা কৎপা ) গন্ধ ( চন্দোন ) পুষ্প লৈ ) ধূপ ( ধূপ ) দীপ (থাংমৈ) নৈবেদ্য ( নৈবিদ্য কৎপা ) তরাসিবু পোৎলম তরা কৌই।

**ষোড়শোপচার**

১। আসনং, ২। স্বগতং, ৩। পদ্য ৪। অর্ঘ্যং, ৫। আচমনীয়কং, ৬। মধুপর্কার্পণং, ৭। স্নানং, ৮। বসনাভরণানি চ। ৯। সুগন্ধ সুমনো, ১০। ধূপ, ১১। দীপ, ১২। নৈবেদ্য এবচ। ১৩। বন্দনং, ১৪। ফলতাম্বুলং, ১৫। ভোগার্পণং, ১৬। আরাত্রিকম্।

ইতি ষোড়শোপচার।।

১। ফম্নবা আসন কৎপা, ২। খুৎ শোম্নতুনা মুখাইনা লেংশিনবীয়ু হায়না হঙ্গৎপা, ৩। খোং হাম্নবা ঈশিং কৎপা ৪। শঙ্খদা চন্দন, লৈ, চেং, যব, কুশ, থোইদিং হঙ্গামরু, তিংথৌ হাপ্পা ঈশিং কৎপা ৫। আচমন তৌনবা শঙ্খজল কৎপা ৬। মধুপর্ক হায়বদি শেঙ্লেংগী পাত্রদা শঙ্গোম অফবা, খোইহৌ ঘী হাপ্পুন কৎপা ৭। চে লৈ-চন্দন হাপ্পা ঈশিংনা চায়থনবা কৎপা, ৮। শেৎন-ইন্নবা ফি কৎপা ৯। মনম নুংশিবা পোৎ থাওনচিংবা পুকনিং মুঙাইনবগী পোৎ কৎপা ১০। ধূপ কৎপা ১১। থাংমৈ কৎপা বত্তিনচিংবা কৎপা ১২। রাম, শঙ্গোম

অনৌবা, চেং, ঘী, চিনিনা তিন্নবা নৈবিং ( নৈবেদ্য ) কৎপা ১৩। থুকম থাজুংবা ১৪। উটৈ হাটৈ পান্নবচিংবা কৎপা ১৫। চানবা থক্নবা লুক্রচিংবা কৎপা ১৬। আরাত্রিক কৎপা অসিন-চিংবনু পোৎলম তরাতক্কী পুজা কৌই।

মধুপর্ক

দধিসর্পির্জলং ক্ষৌদ্রং সিতৈতাভিস্তু পঞ্চভিঃ।
প্রোচ্যতে মধুপর্কস্তু সর্ব্বদেবৌঘ তুষ্টয়ে।।

জলন্তু সর্ব্বতঃ স্বল্পং সিতাদধিঘৃতং সমম্।
সর্ব্বেষামধিকং ক্ষৌদ্রং মধুপর্কে প্রয়োজয়েৎ।।

শঙ্গোম অফম্বা, ঘী, ঈশিং, খোইহৌ সিতামিশ্রি নত্রগা চিনি মঙা অসিনা তিন্নবনু মধুপর্ক কৌই। মশি লাইশিংগী পেন্নবগী মরম ওইবা পোৎচং অমনি। মাগী চাংদি :— ঈশিংনা খিত্তং ওইবা হায়বদি খাইদগী য়ামদবা শরুক ওইবা, সিতামিশ্রি নত্রগা চিনি, শঙ্গোম অফম্বা ঘী অহুম অসিনা চাং মান্নবা হাপ্লা, পুম্নমক্কী খোইহৌনা শরুক ইহেন হেন্না হাপ্লগা শেঙ্গেংগী পাত্রদা হাপ্লগা শেঙ্গেংগী পাত্র অমনা থুম্নগা কৎপনু মধুপর্ক কৎপা কৌই।

## "নিংথিনা খৎগদবা"

কৎলি কৎলিবা পোৎ খুদিংমক মা মাগী মন্ত্রনা অমদি দেবতা দেবতা অতুগী মুলমন্ত্রনা অহুমক কৎপা য়াই। লাই লাই অতুগী মুলমন্ত্র ( মকওইবা মন্ত্র ) হায়বদি ক্লীঁ কৃষ্ণায় স্বাহা হায়না কৃষ্ণগী কৎপগুম্না রাধাগীনা রাং রাধিকায় স্বাহা, গৌরাঙ্গগীনা গং গৌরাঙ্গায় স্বাহা জগন্নাথগী জং জগন্নাথায় স্বাহা, নিত্যানন্দগী নিং নিত্যানন্দায় স্বাহা অসুম্না মাগী মাগী ওইবা মিংগী অহৌবা ময়েক্তা (ং) নত্রগা (ঁ) হাপচিল্লগদুনু মা মাগী মুলমন্ত্র অহুমক ওই হায়বসি পুজা পদ্ধতি খুদিংদসু অহুমক উগনি মরম অসিনা অশম্বা ওইনা। দেবতা দেবতা অতুগী অহৌবা ময়েক্তা ( ং ) নত্রগা (ঁ) হাপ্লগা মহুত্ত করমুদ্রাদা গাং গঙ্গায় নমঃ, গং গণপতয়ে নমঃ, লাং লক্ষ্মী দেব্যৈ নমঃ বাং বটুকায় নমঃ, ক্ষাং ক্ষেত্রপালায় নমঃ যাং যমুনায় নমঃ দুং দুর্গায়ৈ নমঃ কাং কাত্তিকেয়ায় নমঃ অসুম্না মন্ত্র তরারক শোন্দুনা করমুদ্রাদা মশাইং লৌতুনা পোৎ পুম্নমক কৎকনি। তোঙানবা মুল মন্ত্র লৈবা দেবতাসু লৈ মহু থংবন থংলে থংদবনা মথক্তা মথং অসুম্না পুজা তৌবা লুক্রচিংবা কৎকদবনি। লুক কৎপগী মতম্না শনগী শঙ্গোম গুম্বগী মতম

অছুমুক শাংনা কংকনি। কংকদবা পোৎ অছুদা তুলসী পত্র অমমম থানরগা ধেনুমুদ্রানা অমৃতিকরন তৌবা হায়বদি কামধেনুগী অমৃত শিন্থহল্লগা মহামুদ্রাগী মশক ওইবা পরমীকরন মুদ্রা অমদি মৎস্যমুদ্রা উৎলগা করমুদ্রাদা মুল মন্ত্র তরারক শোন্দুনা কংকনি। মতাংসিদা উৎহবা য়াদবা চংদবা য়াত্রবা মরু মরু ওইবা মুদ্রা থরদংতা থঙৎতুনা মথাদা উৎলি। মুদ্রাদি মখল মখেল য়ামই অছুবু তঙাই ফদবচুতা উত্তুনা তাকলে। শন্নবা থংগদবদি পুজা তৌবা হায়বসি, পুজা খুদিংমক চাওরাকপা নিয়ম চপ মান্নে, হেন্দোকলিবদি মাগী মাগী পুজাগী অঙ্গ (হকচাং থর থরদং থেম্নবা অছুত্তনি, চাওরাকপদি লাই অমগী নিংগদবা মওং (ধ্যান তৌনবা মন্ত্রঃ) খুরুমবা (প্রনাম মন্ত্রঃ) অনিসিদং থংলবদি মুলমন্ত্রনা পোৎ কৎপা অমসুং পঞ্চোপচার (পোৎলম মঙা) দশোপচার (পোৎলম তরা) ষোড়শোপচার (পোৎলম তরাতরুক) অসিনা পুজা তৌবা ঙাক্কনি। মাগী মাগী মন্ত্রনা ষোড়শোপচার পুজাদা পীরিবা মন্ত্রশিং অছুনি ষোড়শোপচারদগী হেন্দোকপা পোৎ কৎপনা মাগী মাগী মুলমন্ত্র অছুনা কংকনি। পুজাগী অঙ্গ অছুনা থেম্নরকপা অছুদি পুজা পদ্ধতিদা অমদি অচৌ অচৌবা দেব দেবী পুজাগী লাইরিক্তা অছুমক উগনি। করিগুম্বা দেব দেবী অমবু পুজা তৌবা হায়বসিতবু অহানবদা অঙ্গশুদ্ধি (হকচাং শেংদোকপা) ওইনবগীদমক পুজা পদ্ধতিনা তাকলিবা, আচমন, বিষ্ণুস্মরন, মার্জ্জন, শান্তি, ভুতপ্রসারন আসনশুদ্ধি, অঙ্গন্যাস, করন্যাস, দিগবন্ধন, পুষ্পশুদ্ধি করশুদ্ধি জলশুদ্ধি, তীর্থ আবাহন, সুর্য্যার্ঘ্যদান, চন্দ্রার্ঘ্যদান, সুর্য্য প্রনাম, চন্দ্র প্রনাম তৌরগা ঘটস্থাপন তৌদুনা ঘট লাৎলবা তুংদা, ঘট অছুদা দেবতা খুদিংবু আবাহন তৌদুনা লৈহল্লগা পঞ্চ দেবতা হায়বাদ শ্রীবিষ্ণু, শিব, গনেশ, সুর্য্য দুর্গা,) গনেশাদি হায়রগ বিষ্ণাদি হায়বাদ শ্রীবিষ্ণুনা হোবা অসিগুম্বা গনেশ বিষ্ণু শিব, সুর্য্য, দুর্গা অমদি শিবাদি হায়রগা শিব, বিষ্ণু, গনেশ সুর্য্য, দুর্গা অসুম্বা মাগী মাগী ধর্ম্মগী চৎনবীগী মতুংইন্না লাই মঙাবু পুজা তৌরবা মতুংদা তৌগদৌরিবা পুজা অছু হোরগনি। পুজা তৌবদা মুদ্রা চংই মরম অসিনা চংদবা য়াত্রবা মুদ্রা থরদং উৎলি।

"করমালা মুদ্রা"



অছু মশীং থারিবশিংগী মতুং ইন্না খুৎপীনা খুৎনিংথোগী মখাইথংবা তাংদা নং (১) অমা থারিবছুদা নমদুনা মুলমন্ত্র অছু শোনগনি। অছুগী তুংদা নং (২) (৩) (৪) অসুম্বা মথং নথং নমদুনা মফম অমগা মন্ত্র অমগা মশীং (১০) তরা থারিবা অছু ফাওবা মুলমন্ত্র তরারক থীদুনা কংকনি।

কুর্ম্ম মুদ্রা ( ধ্যান মুদ্রা )



বামহস্তস্য তর্জ্জন্যাং দক্ষিণস্য কনিষ্ঠকা।
তথা দক্ষিণ তর্জ্জন্যাং বামাঙ্গুষ্ঠেন যোজয়েৎ ॥
উন্নতং দক্ষিণাঙ্গুষ্ঠং বামস্য মধ্যমাদিকাঃ।
অঙ্গুলীর্যোজয়েৎ পৃষ্ঠে দক্ষিণস্য করস্য চ ॥
বামস্য পিতৃতীর্থেন মধ্যমানামিকে তথা ।
অধোমুখে চ তে কুর্য্যাৎ দক্ষিণস্য করস্য চ ॥
কূর্ম্মপৃষ্ঠসমং কুর্য্যাৎ দক্ষপাণিঞ্চ সর্ব্বতঃ।
কুর্ম্মমুদ্রেয়মাখ্যাতঃ দেবতা ধ্যান কর্ম্মণি ॥

দেবতাশিংবু ধ্যান তৌবা মতমদা উংলিবা কুর্ম্মমুদ্রা হায়বদি ধ্যান মুদ্রা অসি শারগা লৈ মনা অমমা চন্দন খিস্তং লৌরগা মথা থংলিবা খুং ওইগী খুবাক্তা হাপ্লগা ওইগী খুৎনা লোংলগা য়েৎকি খুৎনা উপ্লগা. য়েৎকি খুদোম্বীগা ওইগী খুৎপীগা শন্নগনি' য়েৎকি খুৎনাওবীগা ওইগী খুদোম্বীগা শন্নগনি. য়েৎকি খুৎপীনা চকচাংলোমদা থিজ্জং লৈশিল্লপ তৌনা ভিংথোক্লগা য়েৎকি খুৎয়াই অমদি খুৎনিংথৌনা ওইগী খুৎপী অমদি খুদোম্বী অনিগী মরক্তা কোনশিল্লজুনা য়েৎ ওই অনিগী খুৎয়াই অমদি খুৎনিংথৌ অনি কাজিল্লগা. য়েৎকি খুৎপীগা ওইগী খুৎনাওবীগা শন্নগনি। অসিগী তুংদা ধ্যান তৌগদৌরিবা দেবতা অদুগী ধ্যান মন্ত্রনা ধ্যান তৌরগনি ।

**অতোপ্পগী মত অমদা**

কুর্ম্মমুদ্রা অসিগী মহুত্তা য়ায়া শন্না খুং ওইগী খুবাক ভিংথোক্লগা লৈ অমনা চন্দন খিজং লৌরগা ওইগী খুবাক ময়াইদা থাম্লগা খুং য়েৎনা উপ্পা খুমজিল্লগা ধ্যান তৌবসিহ্ ধ্যান মুদ্রাদি হায়রা অহুমক চৎনৈ।

"আবাহন্যাদিক মুদ্রা নব সাধারণী মতা"

অসুপ্পা আবাহনী, স্থাপনী, সন্নিধাপনী সম্বোধনী ( সন্নিকর্ষিনী ) সম্মুখীকরনী সকলীকরনী অবগুণ্ঠনী অমৃতীকরনী ( ধেনু ) পরমীকরনী, হায়বা মুদ্রা মাপন অসিনা লাইশিংবু মাগী মাগী লোক্তগী ( নৈফমদগী ) কৌথকুনা পুজা তৌরিবা ঘট অমদি আসন অতুদা লেংশিন্নবিরনবনীদমক মুদ্রাশিং অসি উত্তুনা শিজিনৈ। ইতি ক্রিয়াকাণ্ডে।

"আবহনী মুদ্রা"

**হস্তভ্যামঞ্জলিং বদ্ধানামিকামুল পর্ব্বণোঃ।**
**অঙ্গুষ্ঠৌ নিক্ষিপেৎ সেয়ং মুদ্রা আবাহনী স্মৃতা॥**



খুৎ অনি চপমান্নন লোংনা তিংথোক্লগা খুৎপীনা কোনশিল্লকুনা খুৎনিংথৌ মরুগী তাংদা শোকপবু আবাহনী মুদ্র কৌই। মুদ্রা অসিনা, পুজা তৌগদৌরিবা লাই অদুবু আবাহন তৌরগে (কৌরগে) হায়বগী মন্ত্র থীরকপা অহানবা বাহৈ "ইহাগচ্ছ ইহাগচ্ছ" হায়রকপা মতম অদুদা উৎকনি।

'স্থাপনী মুদ্রা"



**অধোমুখী ত্বিয়ং চেৎ স্যাৎ স্থাপনী মুদ্রিকা স্মৃতা।**

খুৎ অনি চপ মান্নবা উপ্পা তিংথোক্লগা ( আবাহনী মুদ্রাদা উপণবা) খুৎপীনা কোনশিল্লকুনা খুৎনিংথৌ মরুগী তাংদা শোকপবু স্থাপনী মুদ্রা কৌই। মুদ্রা অসিনা আবাহন মন্ত্র 'ইহতিষ্ঠতিষ্ঠ" হায়বা বাহৈ অসি হায়রকপা মতম অদুদা উৎকনি।

'সন্নিধাপনী মুদ্রা"

**উংছ্রিতাঙ্গুষ্ঠমুষ্ট্যোস্তু সংযোগাৎ সন্নিধাপনী।**

**খুৎ** অনিমক খুত্তুম **তাশিল্লগা খুৎপী অনিনা রাংনা থাংগৎপবু** সন্নিধাপনি মুদ্রা কৌই। মুদ্রা অসিনা আবাহন মন্ত্র "ইহসন্নিহিতো ভব" **হায়বা** বাহৈ অসিদা **উৎকনি।**

সম্বোধনী (সন্নিকর্ষিনী) মুদ্রা

**অন্তঃপ্রবেশিতাঙ্গুষ্ঠা সৈব সম্বোধনী মতা।**

খুৎ অনিমক খুত্তুম তাশিল্লগা খুৎপী **অনিবু খুত্তুম** মনুংদা লোৎশিনববু সম্বোধনী মুদ্রা নত্রগা সন্নিকর্ষিনী মুদ্রা কৌই। মুদ্রা অসিনা আবাহন মন্ত্র "যাবৎ পূজাং করিষ্যামি" হায়বা বাহৈ অসিদা উংকনি।

"সম্মুখীকরনী মুদ্রা"

**উত্তানমুষ্টিযুগলা সম্মুখীকরনী মতা।**

**খুত্তুম** তাশিল্লবা **অমদি** খুৎপী লোৎশিল্লবা খুৎনা লোংথোকপা অসিবু **সম্মুখীকরনী** মুদ্রা কৌই। মুদ্রা **অসিনা** আবাহন মন্ত্র **"তাবদত্র স্থিরো ভব"** হায়বা বাহৈ **অসিদা** উংকনি।



### অঙ্কুশ মুদ্রা

ঋজ্বীঞ্চ মধ্যমাং কৃত্বা তর্জ্জনীমধ্য পর্ব্বনি।
সংযোজ্যাকুঞ্চয়েৎ কিঞ্চিন্মুদ্রৈষাঙ্কুশ সংজ্ঞিকা।।

য়েৎথংবা খুৎকি খুৎয়াইনা তিংথোক্লগা, ময়াইথংবা তাংগী মপা ফাওবা খুদোংবীনা নপশিল্লগা মতোন খিত্তং কোনশিল্লগা, খুৎ অতৈনা কোনশিনবব (শামু কাতি শাবগুম) অঙ্কুশ মুদ্রা কৌই। মুদ্রা অসিনা সূর্য্যমণ্ডলদগী তীর্থবু আবাহন (কৌবা) তৌবদা উৎকলি।

### "অবগুণ্ঠন মুদ্রা"



সব্যহস্তকৃতা মষ্টীর্দীর্ঘাধোমুখ তর্জ্জনী।
অবগুণ্ঠনমদ্রেয়মভিতো ভ্রামিতো মতা।।

য়েৎ থংবা খুৎনা খুত্তূম তাশিল্লগা খুদোংবী তিংথে ক্লগা উপথরগা য়েৎ- ওইননা কোইনা লৈববু অবগুণ্ঠন মুদ্রা কৌই। মুদ্রা অসিসু তীর্থবু (গঙ্গানচিংবব) আবাহন তৌবা মতমদা উৎকনি।

### "ধেনু (অমৃতীকরণ মুদ্রা"

অন্যোন্যাভিমুখাশ্লিষ্টা কনিষ্ঠানামিকা পুনঃ।
তথৈব তর্জ্জনী মধ্যা ধেনুমুদ্রা প্রকীর্ত্তিতা।।



খুৎওইগী কারক কারক্তা মথং মথং ওইনা খুৎয়েৎনা মথা থংনা থংনা খুবক চল্লগা খুদোংবী; অ ননা লৈরপ তৌনা হায়দোক্লক্লগা ওইগী খুৎয়াইদা য়েৎকি খুদোংবী, য়েৎকি খুৎয়াইদ ওইগী খুদোংবী শম্নরগনি য়েৎকি খুৎনিংথোগা খুৎনাওবীগা অনিন কারন লৈরম্বদগী খিত্তং শত্তোক্লক্লগা, লৈরপ তৌনা ওইগী খুৎনাওবীদা য়েৎকি খুৎনিংথৌ শম্নরগা য়েৎকী খুৎনাওবীনা মথকলোমদা

লথংলক্লগা ওইগী থুংনিংথোগা শোক্লরগা, থুংপী অনিনা চপমান্নবা মথক ওন্দুনা তি.না লৈখবু ধেনুমুদ্রা অমদি অমৃতীকরন ( শলগী থোমজিন মরি শাবা ) মুদ্রা কৌই। মুদ্রা অসিনা অমৃত শিন্থবনা মতুংদা ঈশ্বরনা তাব্বিবনি, মদুগীদমক মুদ্রাসি উংলিবনি।

"মৎস্য মুদ্রা"

দক্ষপানি পৃষ্ঠদেশে বামপনিতলং ন্যসেৎ।
অঙ্গুষ্ঠৌ চালয়েৎসম্যক্ মুদ্রেয়ং মৎস্যরূপিনী॥



য়েংথংবা খুং উপনা তিংথোক্লগা খুংনম অদুদ ওইথংবা খুংনা উপথদুনা চপ মান্নবা লোন্নরগা খুংপী অনিনা তাগী মশাইগুম্না লেংবগুম্ লেংববু মৎস্যমুদ্রা কৌই। মুদ্রা অসি তীর্থ আবাহন তৌবা ( তীর্থনচিংবা কৌবা ) অমদি লুক কৎপবচিংবা মতমদা উংলি।

"পরমীকরণ মুদ্রা"

অন্যোহন্যগ্রথিতাঙ্গুষ্ঠা প্রসারিত পরাঙ্গুলী।
মহামুদ্রেয়মুদিতা পরমীকরণে বুধৈঃ॥

নং ১)



খুং অনিমক্কী খুংপী অনি য়েংশিন-পুনশিন্নরগা খুংশা পুম্নক তিংথোকপবু পরমী করণ মুদ্রা কৌই। মুদ্রা অসি পণ্ডিতশিংনা মহামুদ্রাগী মশকনি হায়না থংনৈ, মুদ্রাসি তীর্থশিংবু আবহন তৌবদা অমদি লুককৎপনচিংবদা ধেনুমুদ্রা উত্তুনা অমৃত শিন্থ-হল্লগা মহামুদ্রাগী মশক ওইবা পরমী করণ মুদ্রা অসিবু উংলি। মতাংশিদা সর্ব্বদেব-দেবী পূজা পদ্ধতি কৌবা লাইরিক্তা (পাণ্ডত সুরেন্দ্রনাথনা ইবা) মত্র সিগী অতোপ্পা মওং অমা য়েক্তুনা তাকলি, মদু নং (২) থাবা মওং অসিনি। পরম-পরানা চংনরকলিবা অমদি মথক্তা উংলিবা সংস্কৃতমুল অসিগা চান্নবা পরমী করণ মুদ্রাদি নং ১) অসিনি।

নং (২)



**নং (২) পরমীকরণ মুদ্রাদি :—**

খুৎ য়েৎ ওই অনিমক্কী খুৎ-শা পুম্নমক কোস্তক তৌনা চহম শানা (চফু শাবা থম্বালগী মওংগুম মাইয়োক্লনা মকা লান্না উৎপবু পরমীকরণ মুদ্রা কৌই ।

**"সংহার মুদ্রা"**

অধোমুখে বামহস্তে ঊর্দ্ধাস্যং দক্ষহস্তকম্ ।
ক্ষিপ্ত্বাঙ্গুলীরঙ্গুলীভিঃ সংগ্রথ্য পরিবর্ত্তয়েৎ ।
এষা সংহারমুদ্রা স্যাৎ বিসর্জ্জনবিধৌ স্মৃতা ।।



ওইথংবা খুৎ ঊ খেরগা; য়েৎথংবা পুৎনা মতুংগী মথক্তা লো-শোক্লগা মথৈ মাংদ খুরক চন্নরগা লৈথোক্লক্কনা থবাক তম্না ককচাংলোমদা লৈশিল্লকপনা মাংলোমদা লৈথোক্কনা খুদোংগী ওনি থিংথোকপবু সংহার মুদ্রা কৌই । মুদ্রা অসিনা, দেবতাশিংবু পুজা তৌবা লোইরগা বিসর্জ্জন তৌবদা ( লাইশিংবু মাগী মাগী লোক্ত চৎপিথিনবা হায়জবদা ) মুদ্রা অসি উৎলি ।

হকচাংবু ইরু মাইথজরগা অশেংবা ফি-রোল শেত্তূনা মণ্ডির নত্রগা পূজা তৌফমদা চংদুনা শরীকনা ওইদা শঙ্খনা ময়াইদা পঞ্চারতিনা য়েৎত্তা থম্নগা শঙ্খদা অরৈবা চেং থোইদিং, লৈ, তুলসামনা, ঈশিংথম্না হাপ্তুনা পূজা তৌগনি। নিত্তিসেবাদদি লৈ-তুলসী ঈশিংতনস্থ পূজা তৌগনি । অহানবদা শঙ্খবু অনিত্তবদা ঘন্টা (শেরা কপু) পূজা তৌরগা উত্থাপন খুরাক অঙ্গম্নক থৃদুনা (চপ্লম্বদগী লেংথংপিনবা হোদোকপা) আবহন (ঈশ্বরবু মা মাগী লোত্তগী খরাতবু কৌবগা মূর্তিমাদা চংবীদুনা পূজাবু লৌবীনবা হায়জবনু) তৌগান। মতুংদা আসন্দা লেংশিন-বীনবা হায়দগনি অহানবদা শঙ্খদা লৈ তুলসী ঈশিং হাপ্নুনা ওঁশঙ্খ য়নমঃ হায়না পূজা তৌরগা, মথংদা শরী-কা শঙ্খনা ঈশিং হৈদুনা সর্ব্ববাদ্যম-য়ীনা হৌর মহনা ঘন্টাবু পূজা তৌ-গনি, মতুংদা উত্থাপন মন্ত্র থীদুনা লেংশহনগা আসনচিংবা পোৎ-ম লরাইকম্না পূজা তৌগনি ।

আবাহন তৌবা মতমদা অতৈ দেবতা পূজা তৌবদা মাগী-মাগী ধ্যান মন্ত্রনা ধ্যান তৌরগা আবাহনী পঞ্চ মুদ্রানচিংবা উত্তুনা আবাহন তৌগনি। নিন্দি পুজাদদি মন্ত্রতমক থীরবস্থ য়াই ।

## "ষোড়শোপচার পূজা"

**শঙ্খপূজাঃ—**

ত্বং পুরা সাগরোৎপন্নঃ বিষ্ণুণা বিধৃত করে ।
মানিতঃ সর্ব্বদেবৈশ্চ পাঞ্চজন্য নমোঽস্তুতে ॥
("ওঁ শঙ্খায় "নম" ইত্যনেন শঙ্খং পুজয়েৎ)

**ঘণ্টা পূজাঃ -**

সর্ব্ববাদ্যময়ী ঘণ্টা দেব দেবস্য বল্লভে ।
তুষ্মাদে নৈব সর্ব্বেষাং সুখং ভবতু শোভনে ।
("ওঁ জয়ধ্বনি মন্ত্রমাতঃ স্বাহা" ইত্যনেন ঘন্টাং পুজয়েৎ)

**উত্থাপণং ঃ—**

ওঁ উত্তিষ্ঠোত্তিষ্ঠ গোবিন্দ ত্যজনিদ্রাং জগৎপতে ।
ভবত্থাপিতমানে তু উত্থিতং ভুবনত্রয়ং ॥
[ইত্যনেন উত্থাপনং কুর্য্যাৎ)

**আবাহনং ঃ—**

ওঁ আগচ্ছ ভগবন্ কৃষ্ণ স্বস্থানাৎ পরমেশ্বর ।
অহং পুজাং করিষ্যামি সদা ত্বং সম্মুখোভব ।
(ইত্যনেন শ্রীকৃষ্ণ ভগবানম্ উত্থাপনং কুর্য্যাৎ, সর্ব্বদেবাদবী পুজা-য়াং তু আবাহনী পঞ্চমুদ্রাদি প্রদর্শ্যং কৃষ্ণ আবাহয়েৎ ।)

লেংশিনবীমবা আসন কৎমনি, নিতি পূজাদদি হান্নবা আসন্দা লেং-শিনবিববা মন্ত্র চমক থীরগনি।

১। আসনং :—
ওঁ সিংহক্রান্তং স্বর্ণপীঠং নানারত্নোপশোভিতং।
অনন্তস্য ফণাপৃষ্ঠে দিব্যমুপবিশ্যাসনে ॥
[ইত্যনেন আসনং সমর্পয়েৎ]।

ফুঙাইনা আসন্দা লেংশিনবিনবা খুংলোয়ত্না হায়জগনি।

২। স্বাগতং :—
"হে ভগবন্ স্বাগতংতে"।
(ইত্যনেন স্বাগতম্ কুর্য্যাৎ)।

খোংখুৎ শেংদোক্রবা ভাবতা শঙ্খনা পত্র মচা (আচমনপাত্র) অমদা শঙ্খনা, শরীকখিংনদা ঈশিং হৈগনি।

৩। পাদ্যং : -
ওঁ পাদ্যর্হ শুদ্ধ তোয়ানি পুষ্পগন্ধযুতানি চ।
পাদ্যং গৃহান দেবেশ ভক্তানুগ্রহ কারক ॥
[ইত্যনেন পাদ্যং সমর্পয়েৎ)।

শঙ্খদা চে' থোইদিং লৈ, তিংথৌ যব কুশ চঙামরু হাপ্তুনা নিতি সেবা-দদি লৈতুলসী ঈশিংতগা ওইবসু কুপী নত্রগা শঙ্খদা চপ্রগা কৎকনি।

৪। অর্ঘ্যং :—
ওঁ শঙ্খতোয় সমাযুক্তং গন্ধপুষ্পাদি বাসিতং।
অর্ঘ্যং গৃহান দেবেশ প্রীত্যর্থং মে সদা প্রভো ॥
(ইত্যনেন অর্ঘ্যং সমর্পয়েৎ)।

নিতি সেবাদদি—
আচমন পাত্রদা শঙ্খনা ঈশিং হৈদুনা শরীক খিত্তুনা আচমনগীদমক ঈশিং হৈগনি।

৫। আচমনীয়কং :
ওঁ গঙ্গাতোয় সমানীতং সুবর্ণ কলসোদ্ধৃতং।
সুবাসিতং স্বাদুশীতং গৃহ্ণাচমনং হরে ॥
(ইত্যনেন আচমনীয় জলং সমর্পয়েৎ)।

নিতি সেবাদা দন্তধাবনগী য়াথি-হুনচী ঈশিং বৎকনি।

৬। দন্তধাবনঃ—
ওঁ কোমলেনাগ্রপত্রেন মার্জ্জয়িত্বা বদান হরে।
সুবর্ণজিহ্বা শোধন্যা রসানাং মার্জ্জয়েদ্ধরে ॥
[ইত্যনেন দন্তধাবনস্য জলং দদ্যাৎ)

শেঙ্গেংগী পাত্রদা শঙ্খোমঅদঙ্গ, থোইহী, ঘী, হাপ্লগা শেঙ্গেংগী পাত্র অমনা খুমলগা কৎকনি। মধুপর্কগী চাংদি মথাদা তাকনি।

৭। মধুপর্কার্পনং :—
ওঁ মধুপর্কং প্রতিগৃহ্যতাং প্রভো।
(ইত্যনেন মধুপর্কং সমর্পয়েৎ মূলমন্ত্রেন চ)

৮। স্নানং:----

ওঁ গঙ্গা সরস্বতী তাপী পয়োষ্ণী নর্ম্মদার্কজা।
তজ্জলৈ স্নাপিতো দেব তেন শান্তিং কুরুষ্ব মে॥

চরণামৃত তেঙ্গোত্তা ঈশিং থবা হাপ্লগা শরীক থিংদুনা শালগ্রাম পুম্নমকপু শঙ্খনা ঈশিং হৈদুনা স্নান তৌগনি।

৯। বসনাভরণ [বস্ত্রং]:—

ওঁ শীতবাতোষ্ণ সন্ত্রানং পরং লজ্জা নিবারণং।
সুবেশধারণং যস্মাদিদং বস্ত্রং প্রগৃহ্যতাং॥
(ইত্যনেন বসনাভরণ বস্ত্রং সমর্পয়েৎ)।

থোন্নবা ফি-বোল কৎকনি থোনগনি, হন্না থোন্নবা নিত্তি সেবানচিংবদদি মন্ত্রাত্মক পাঠ তৌগনি অমসুং অনৌ-বদি থোনবদা মন্ত্রসি থীগনি। যজ্ঞো পবীত 'নগ্নসু' অসুম্না তৌগনি।

১০। যজ্ঞোপবীতং:—

ওঁ ব্রহ্মণা নির্ম্মিতং সুত্রং বিষ্ণুগ্রন্থি সমন্বিতং।
যজ্ঞোপবীতং পরমং গৃহ্যতাং হি জনার্দ্দন:॥

১১। সুগন্ধ সুমনরূপ গন্ধ পুষ্পং:—

সুগন্ধ চন্দনং — ওঁ মলয়াচল সম্ভূতং শীতলানন্দ বর্দ্ধনং।
কাশ্মির ঘন সারাঢ্যং গৃহান চন্দনং প্রভো॥

সুমনং পুষ্পং — ওঁ নানাবিধানি পুষ্পানি ঋতুকালোদ্ভবানি চ।
ময়ার্পিতানি সর্ব্বানি পূজার্থং প্রতিগৃহ্যতাং।

(ইত্যনেন গন্ধপুষ্পং নিবেদয়েৎ)।

"ওঁ মলয়াচল" হায়বা মন্ত্রনা তুলসীপত্র অমা মখাদা থাবগা থম্নবা শালগ্রাম চক্রদা তুলসী পত্র অমনা চন্দন লৌরগা কৎকনি লোইনবা "ননাবিধানি পুষ্পানি" হায়বা মন্ত্রনা লৈ কৎকনি।

১২। ধূপং:—

ওঁ বনস্পতি রসোৎপন্নং সুগন্ধাঢ্যং মনোহরং।
আঘ্রেয়ং সর্ব্বদেবানাং ধূপোহয়ং প্রতিগৃহ্যতাং॥

বনস্পতিনা হৌবা মন্ত্রসিনা নিত্তি সেবাদা ধূপ কৎলগনি। পুজা অতৈদা ধূপ কৎপদসু মন্ত্রসিনা কৎকনি।

১৩। দীপং:—

ওঁ ঘৃতবর্ত্তি সমাযুক্তং তথা কর্পূরবাসিতং।
দীপং গৃহান দেবেশ ত্রৈলোক্য তিমিরাপহং॥

থাগৌ বর্ত্তিনচিংবা থাংমৈ থুদিং কৎ—পদা মন্ত্রসিনা কৎকনি।

মন্নসিনা নৈবিদ (নারাণপ্রসাদ হায়নস্থ খংনবা ) য়াম, ঘী, লফোই খোইহী চিনিনচিংবনা শেমলগা কংকনি।

ভোককংপদা অহানবদা তুলসী পত্র অমমম খাদরগা লাই লাই অতুগী মূলমন্ত্র তরারক করমালাদা মশীং লৌডুনা জপ তৌরগা রস তকক্লা তিনবা অম্নবু ভোগ অতৈবুস্থ কংকনি করমালাদি মুদ্রা প্রকরণদা উগনি। ওঁ এতস্মৈ নেবেগ্যায় নমঃ" অন্ন ওই-রগা "ওঁ এতস্মৈ অন্নায় নমঃ" হায়দুনা করমালাদা মূলমন্ত্র তরারক শোল্লগা ধেনুমুদ্রানা অমৃত শিন্থহল্লগা পরমীকরণ মৎস্যমুদ্রানা কুপ্লগা 'এতৎ সোপকরণ নৈবেদ্য বা অন্নং ও অমুক দেবায় নমঃ হায়দুনা ঈশিংবু চালুক মপান্দা আচমন পাত্রদা তাহনগনি অমুক হপ্পা ঈশিং থরাঅমুক "ওঁঅমৃতোপস্তরণমসি স্বাহা হায়না আঁচমন পত্রাদা ঈশিং তাহল্লগা "ওঁ প্রাণায় স্বাহানা হৌবা ওঁ সমানায় স্বহানা লোম্বা মন্ত্র মঙা শোল্লগা ঈশিং থরা থরদং মঙারক আচমন পাত্রদা আহনগনি। অমুক "ওঁ অমৃতাপিধানমসিস্বাহা হায়দুনা ঈশিং থরা তাহল্লগা অরোইবগী আচমন ঈশিং কংলগা "ওঁ এতৎ পানার্থ' হায়বা মন্ত্রনা থক্কবা ঈশিং খুজাইবু মূলমন্ত্রনা উহৈ কংলগা "ওঁ "নাগবল্লি" না হৌবা মন্ত্রনা পাম্না কংলগনি।

১৪। নৈবেদ্যং:-

ওঁ অন্নং চতুর্ব্বিধং রম্যং রসৈষড়্ভিঃ সমন্বিতং।
নিবেদয়ামি ভবতে জুষাণেদং হরিহরে।

অথবা

ভোগ সমর্পনং: —

তৎ তৎ মূলমন্ত্রেন করমালায়াং দশবার জপং কৃত্বা ষড়রস পরিপূর্ণং ভোগং (অন্নং) সমর্পয়েৎ। যথাঃ— "ওঁ এতস্মৈ সোপকরণ নৈবেদ্যায় নমঃ" ( অথবা ) "ওঁ এতস্মৈ সোপকরণ অন্নায় নমঃ ইত্যর্চ্চয়িত্বা মূলমন্ত্রং দশবার করমালায়াং জপ্তা ধেনুমুদ্রয়া অমৃতীকৃত্য"এতৎ সোপকরণ নৈবেদ্যং বা অন্নং ওঁ অমুক দেবতায়ৈ নমঃ' ইত্যুৎসৃজ্য "ওঁ অমৃতোপস্তরণমসি স্বাহা "ইতিজলগণ্ডূষং দত্বা "ওঁ প্রাণায় স্বাহা" "ওঁ অপানায় স্বাহা" "ওঁ ব্যানায় স্বাহা" "ওঁ উদানায় স্বাহা' "ওঁ সমানায় স্বাহা")ইত্যানেন জলগণ্ডূষংদদ্যাৎ ততঃ ওঁ অমৃতাপিধানমসি স্বাহা" ইত্যানেন জলগণ্ডূষং দদ্যাৎ। পুনঃ ইদমাচমনীয়ং জলং সমর্পয়ামি ইতি আচমনীয়ং জলং সমর্পয়েৎ ততঃ" এতৎপানার্থোদকং নমঃ" ইতি পানীয় জলং সমর্পয়েৎ।

১৫। ফল, তাম্বুলং:—

মূলমন্ত্রেন ফলং সমর্পয়েৎ ততস্তাম্বুলং সমর্পয়েৎ।
ওঁ নাগবল্লিদলং পুগং খদিরচুর্ন্ন সংযুতং।
শৈলং লবঙ্গকর্পূর তাম্বুলং দেব গৃহ্যতাং ॥

মতুংদা পুষ্পাঞ্জলি ( লৈখুজোক ) অহুমক কংলগা পুং ঈশৈ করতাল মোইবুংনচিংবা খোংবা য়েবা তৌ-দুনা কর্পুর, ঘীগী বর্তিনচিংবা থাং-মৈবু "অস্ত্রায় ফট" মন্ত্রনা ঈশিং থিক্ক-গা লৈ শুনা পূজা তৌরগা ধেনুমুদ্রা নচিংবা উৎলগা লৈ শুথরা পুষ্পাঞ্জ-লি কংলগা ওইথংবা খুৎনা শঙ্খ খিংদুনা য়েৎনা পঞ্চারতি পায়দুনা আরাত্রিক কংলগনি মতুগ্ শঙ্খ চিন্দে থৃদৈ, লৈনচিংবসু তৌগনি ।

আবাত্রিক মশীংদি চরন্দা মখিরক থাংদা অনিথক, মাইপোংদা অমুক হকচাং পুম্নমক্তা তরেংলক পুন্নাংবা মখিপক অবাত্রিক কংকনি, মথাগী মন্ত্রনি থীগনি ।

আরাত্রিক কংপদা মন্ত্র অসি থীদুনা কংকনি ।

মন্ত্র অসি থীদুনা ঈশিংগা লোইননা শঙ্খবু দেবতাগী কোকথক্তা অহুম-লক কোইদুনা আরাত্রিক কংকনি । শঙ্খদগী ঈশিং থম্ন আচমন পাত্রদা অমম্নং থৈপাক্তা তাহল্লগা থম্নগনি. চিন্দে খুদৈনা অহুমক অমুক অমোং অকাই ঈশিং পকপনচিংবা তৈথো-ক্পা ওইনা হাম্নবগা খুৎ য়েৎনা শঙ্খ ওইনা পঞ্চারতি পায়রগা মপান্দা তুলসীদা, গরুড়দা, ১ম্ডি মহাদেবনচিংবদা থবা থবা তাহল্লগা বর্ত্তি অদ কংলগা ভক্ত ময়ামগী মমাংদা পঞ্চারতি অদ থম্নগা

## নীরাজনম্

তত*শ্চ দত্ত্বা পুষ্পাঞ্জলিত্রয়ং । মহানিরাজনং কুর্য্যন্মহাবাদ্যজয়স্বনৈঃ ।। তৈজসপাত্রে স্থাপিতং প্রজ্বলিতং কর্পূরাদি প্রদীপং "অস্ত্রায় ফট্" ইতিমন্ত্রেণ অভ্যুক্ষ্য গন্ধপুষ্পাভ্যাং সম্পূজ্য ধেনু-মুদ্রাং প্রদর্শ্য মূলমন্ত্রেণ তত্তদ্দেবতায়ৈ সমর্প্য পুষ্পাঞ্জলিং চ সমর্প্য বামহস্তেন ঘণ্টাং বাদয়ন আরাত্রিকং কুর্য্যাৎ । এবং সজলশঙ্খস্য বস্ত্রস্য; পুষ্পস্য নীরাজনমপি কুর্য্যাৎ ।

"আরাত্রিক লক্ষণং"

আদৌ চতুষ্পাদ তলৈকদেশে দ্বৌ নাভিদেশে মুখমণ্ডলৈকং সর্ব্বা-ঙ্গদেশেষু চ সপ্তবারমরাত্রিকং ভক্তজন প্রকুর্য্যাৎ ।।

১৬ আরাত্রিকং:—

মঙ্গলার্থং মহারাজ নিরাজনমিমং হরে ।
সংগৃহান জগন্নাথ কৃষ্ণচন্দ্র নমোঽস্তুতে ।।

শঙ্খারাত্রিকং:—

ততশ্চ সজলং শঙ্খং ভগবন্মস্তকোপরি ।
ত্রিভ্রাময়িত্বা কুর্ব্বিত পুনর্নিরাজনং হরেঃ ।।
ভ্রাময়েৎ সজলং শঙ্খমষ্টধামমুখাজপন্ ।
তুলসী গরুড় পৃথ্বী বৈষ্ণবাণাং ক্রমাৎ ততঃ ।।

শঙ্খজল মহাত্ম্যং:—

শঙ্খমধ্যেস্থিতং তোয়ং ভ্রামিতং কেশবোপরি ।
অঙ্গলগ্নং মনুষ্যাণাং ব্রহ্মহত্যাদিকং হরেৎ ।।

প্রদক্ষিণং:—

উপচারৈ সমস্তৈস্তু যা-যা পুজাময়াকৃতা ।
তৎসর্ব্বং পূর্ণতাং যাতু প্রদক্ষিণ প্রভাবতঃ ।। ১

শঙ্খজল চায়গনি মথাগী মন্ত্রসি থী-গনী। অদ্ৰগ। প্রদক্ষিন (য়ৎওইনা কোয়গনি, খুরুমগনি, প্রার্থনা (হা-য়জবা) মন্ত্র থীগনি।

প্রার্থনা মন্ত্রসি থীদ্ৰনা খুৎলোম্নদ্ৰনা হায়জরবা তুংদা মথাগী শয়ণ মন্ত্রশি-না চেপশিল্লগনি (তুমহল্লগনি।

কৎলম্বা লৈশুনচিংবা লোথোক্লগা কাংথল, ফিজংনাচংবা হায়জিম্নুনা চেপশিল্লগনি।

**প্রনামং:—**

পাহিমাং পাপিনং ঘোরং ধর্ম্মাচার বিবর্জ্জিতং।
নমস্কারেন দেবেশ সংসারার্ন্নব পাতিতং॥

**প্রার্থনাঃ—**

মন্ত্রহীনং ক্রিয়াহীনং বিধিহীনং সুরেশ্বর।
পূজিতোঽসি ময়াদেব পরিপূর্নং তদস্তুমে॥
আবাহনং ন জানামি নৈব জানামি পূজনং।
বিসর্জ্জনং ন জানামি ত্বং গতি পরমেশ্বর॥

**শয়ণং :—**

নানাপুষ্পদলৈ সুক্ষ্ম চিত্রবস্ত্রোপধানকৈঃ।
সংযুক্তে রত্ন পর্য্যাঙ্কে গোবিন্দ শয়ণং কুরু॥

ইতি ষোড়শোপচার পূজা সমাপ্তা।

কুশগী আসন্দা ফম্নগা, চুম্নগী আস-ন্দা ওইরগনা কুশমনা নত্রগা তিং-থোমনা অমা থেৎলগা ফমহুনা মাই অরাং নত্রগা নোংপোক ওম্নুনা 'ওঁ কেশবায়'' নাহৌবা মন্ত্রনা আচমন অহন্নক তৌগনি, অদুগা কুশ নত্রগা তিংথোনা ঈপিং লো-লোহুনা (কুশি-তামিদগী ব র থ না লোম্বা মন্ত্রনা কোক্তাখিক্কনি, সে সো ব না লোম্বা মন্ত্রনা অতিয়াদা থিক্কৎকনি, ন না লোম্বা মন্ত্রনা লৈবাক্তা থিক্কুনা আ-পোমার্জ্জন্ (ঈশিং থিক্তুনা শেংদোক-পবু) তৌগনি।

মক্তুংদা ওঁ তং সং হায়রগা "বং" হায়বা মন্ত্রনা গন্ধ চন্দন থিবিকপু ঈশিংহুনা "এতেভ্যো গন্ধাদিভ্যো নমঃ'' হায়হুনা গন্ধ চন্দনচিংবা পূজা-গী পোৎলমশিংবু থিক্লগা লৈচন্দন-চিংবনা শ্রীনারায়নচিংবা দেবতাবু পূজা তৌগনি। মাই নোংপোক ওন্নগা সূর্য্যদেবদা অর্ঘ্য কৎকনি।

**"সামান্য কাণ্ডম্"**

কুশহস্ত কুশাসনে উপবিশ্য 'ওঁ কেশবায় নমঃ ওঁ নারায়ণায় নমঃ ওঁ মাধবায় নম'' ইতিক্রমেণ আচম্য আপোমার্জ্জনং কুর্য্যাৎ যথাঃ—

ওঁ শন্ন আপো ধন্বন্যাঃ শমনঃ সন্তু নুপ্যাঃ। শন্নঃ সমুদ্রিয়া আপঃ শমনঃ সন্তকুপ্যাঃ॥

ওঁ দ্রুপদাদিব মুমুচানঃ স্বিন্নঃ স্নাতোমলাদিব। পূতং পবিত্রেণৈ-বাজ্যমাপঃ শুদ্ধন্তু মৈনসঃ॥

ওঁ আপোহিষ্ঠা ময়োভুব স্তান উর্জ্জে দধাতন। মহেরণায় চক্ষুষে ওঁ যোবঃ শিবতমো রসঃ॥ তস্য ভাজয়তে হনঃ উষতীরিব মাতরঃ।

ওঁ তস্মা অরঙ্গমামবো যস্য ক্ষয়ায় জিন্বথ অপোজন।

যথা চ ন॥ ওঁ ঋতঞ্চ সত্যঞ্চাভিদ্ধাৎ তপসোঽধ্যজায়ত ততোরা ত্র্যজায়ত ততঃসমুদ্রহর্নবঃ ওঁ সমুদ্রাদর্ণবাদধি সম্বৎসরোঽজা-য়ত। অহোরাত্রাণি বিদধদ্বিশ্বস্য মিষতোবশী॥ সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ ধাতা যথা পূর্ব্বমকল্পয়ৎ। দিবঞ্চ পৃথিবীঞ্চান্তরীক্ষমথঃ স্বঃ

এহি সূর্য্যো সহস্রাংশো তেজোরাশি জগৎপতে। অনুকম্পয় মাং ভক্তং গৃহানার্ঘ্যং দিবাকর।। অসুম্না সূর্য্যার্ঘ্য কৎলগা মায়ই অরাং ওন্দুনা কোরৌশী কুশাদা চেং থোইদিং কুশ নত্রগা তিংখৌনচিংবা হাপ্লগা। মমাই নোং পোক ওয়াফম্নবা ব্রহ্মণশিংদা ওঁ কর্ত্তব্যেস্মিন্ না হৌবা মন্ত্র হায়দুনা তৌজরিবা কর্ম্মবু পুন্যগী মশকনি হায়হনগনি। ব্রাহ্মণশিংস্থ ওঁ পুন্যাহম হায়না অচমলক হায়গনি। অসুম্না মথং মথং স্বস্তি ঋদ্ধ্যতাম অসিনচিংনা হায়হনগনি। অতুগী তুংদা মা মাগী রেদগী মন্ত্রং ইননা স্বস্তিসূক্তবু হায়রগা পায়রিবা কুশিদগী চেংথোইদিং নচিংহু লৈপাক্তা অহুম্নক চায়থোকনি।

ততঃ ওঁ তৎসৎ ইত্যুচ্চার্য্য "বং" এতেভ্যো গন্ধাদিভ্যো নম ইতি প্রোক্ষ্য "এতেগন্ধপুষ্পে ওঁ এতেভ্যো গন্ধাদিভ্যো নমঃ, এতে গন্ধপুষ্পে এতদধিপতয়ে ওঁ বিষ্ণবে নমঃ এতে গন্ধপুষ্পে এতৎ সম্প্রদানেভ্যো ওঁ নারায়ণাদিভ্যো নমঃ ইতি গন্ধাদীনি অর্চ্চয়িত্বা গন্ধপুষ্পাভ্যাং গণেশাদীন্ সম্পূজ্য প্রাঙ্মুখঃ সূর্য্যায় অর্ঘ্যং দত্ত্বা উদঙ্মুখঃ সন্ তাম্রপাত্রে তণ্ডুলান্ গৃহীত্বা প্রাঙ্মুখান্ ব্রাহ্মণান্ "ওঁ কর্ত্তব্যেঽস্মিন্ অমুক কর্ম্মণি ওঁ পুণ্যাহং ভবন্তো" ব্রুবন্তু ইতি ত্রিঃ ব্রূয়াৎ। ততঃ "ওঁ পুন্যাহম ওঁ পুন্যাহম ওঁ পুন্যাহম ইতি ব্রাহ্মণাঃ প্রতিব্রুয়ুঃ এবম "ওঁ কর্ত্তব্যেঽস্মিন্ অমুক কর্ম্মণি ওঁ স্বস্তি ভবন্তো ব্রুবন্তু" ইতি ত্রিঃ ব্রুয়াৎ। "ওঁ স্বস্তি ওঁ স্বস্তি ওঁ স্বস্তি" ইতি ব্রাহ্মণাঃ প্রতিব্রুয়ুঃ এবম্ ওঁ কর্ত্তব্যেঽস্মিন্ অমুক কর্ম্মণি ওঁ ঋদ্ধিং ভবন্তো ব্রুবন্তু ইতি ত্রিঃ ব্রূয়াৎ। ওঁ ঋদ্ধ্যতামু ওঁ ঋধ্যতাম্ ও ঋধ্যতাম্ ইতি ব্রাহ্মণা প্রতিব্রুয়ুঃ। ততঃ সর্ব্বে স্বস্তিসূক্তং পঠিত্বা তণ্ডুলান ভূমৌ ত্রিবিকিরেয়ু।

## "সামগানাং স্বস্তিসূক্তম্"

ওঁ সোমং রাজানং বরুণমগ্নিমন্বারভামহে আদিত্যং বিষ্ণুং সূর্য্যং ব্রহ্মাণঞ্চ বৃহস্পতিম্ ওঁ স্বস্তি ওঁ স্বস্তি ওঁ স্বস্তি।।

## "যজুষাং স্বস্তি সূক্তম্"

ওঁ স্বস্তিন ইন্দ্রো বৃদ্ধশ্রবাঃ স্বস্তিনো পূষা বিশ্ববেদাঃ। স্বস্তি-স্তার্ক্ষে।। অরিষ্টনেমিঃ স্বস্তিনো বৃহস্পতির্দধাতু। ওঁ গণানান্ত্বা গণপতিগুং হবামহে প্রিয়া-ণান্ত্বা প্রিয়াপতিগুং হবামহে নিধীনান্ত্বা নিধিপতি গুং হবামহে বসো মম ওঁ স্বস্তি ওঁ স্বস্তি ওঁ স্বস্তি ৷৷

## "ঋগ্বেদিনাং স্বস্তি সূক্তম"

ওঁ স্বস্তিনো মিমিতামশ্বিনা ভগঃ, স্বস্তি দেব্যদিতিরনর্বনঃ। স্বস্তি পূষা অসুরো দধাতুনঃ, স্বস্তি দ্যাবাপৃথিবী সুচেতুনা ।।১।। ওঁ স্বস্তয়ে বায়ুমুপব্রবামহৈ, সোমং স্বস্তি ভুবনস্য যস্পতিঃ। বৃহস্পতিঃ (তিং) সর্ব্বগণঃ (নং) স্বস্তয়ে, স্বস্তয়ঃ আদিত্যাসো ভবন্তু নঃ ।। ২ ।। ওঁ বিশ্বেদেবা নো অদ্য স্বস্তয়ে, বৈশ্বানরো বসুরগ্নিঃ স্বস্তয়ে: দেবা অবন্তু ভবন্তঃ স্বস্তয়ে, স্বস্তিনো রুদ্রঃ

